১৯১। শ্রীযুক্ত অমু সিংহ য়েনসেনবম
১৯২। ,, কমল সিংহ ক্লার্ক য়েংখোম
১৯৩। ,, ক্ষীরোদ সিংহ এনসেনবম
১৯৪। ,, ভোমপিশক সিংহ হাউরোংবম
১৯৫। ,, বাবা সিংহ কৈশাম
১৯৬ ,, বল্লভ সিংহ কৈশাম
( শিলচর )—
১৯৭। ,, নরেন্দ্র সিংহ খোনাউজম P. W. D.
১৯৮। ,, কালাবাবু সিংহ রাজিবম
১৯৯। ,, সনারক সিংহ রাজিবম
২০০। ,, নৈলশং সিংহ লাইশোম
( রাম নগর ) ভুকো—
২০১। ,, যোগেশ্বর শর্ম্মা কুরালাংপম
২০২। ,, চৌধুরি সিংহ খাইদেম মটর সার্ভিস
২০৩। ,, মাঙ্গ সিংহ অরাম্বম
২০৪। ,, অভোমবা সিংহ কোনসম
২০৫। ,, বদন সিংহ ভাংবম
২০৬। ,, মেঘ সিংহ য়েংখোম তহসিল ক্লার্ক
২০৭। ,, ফুল সিংহ খাইদেম
২০৮। ,, সূর্য্য সিংহ ,,
২০৯। ,, ভুবন সিংহ ,,
২১০। ,, ভগিরথ সিংহ ,, এড. ভোগেট ক্লার্ক

২১১। শ্রীযুক্ত গম্ভীর সিংহ খাইদেম

২১২। " নিংথৌ সিংহ মোংজম

২১৩। " চন্দ্রহাস সিংহ মাইস্নম

২১৪। " মেঘনাদ সিংহ তোংব্রম

২১৫। " বাবুচান্দ সিংহ পাউনম

২১৬। " মানো সিংহ খুংলেপম

২১৭। " নিংথৌ সিংহ মাইস্নাম

২১৮। " ইন্দ্রমণি কোনসম সরপঞ্চ

২১৯। " রাজেন্দ্র সিংহ কোন্থৌজম রামকৃষ্ণ মিশন রোড শিলচর

২২০। " গোবিন্দবল্লভ শর্মা কোংব্রাইলাৎপম

২২১। " চৈতন্য বল্লভ সিংহ খুমন্থেম

২২২। " পাকান্না রাজকুমার পাটুয়ারী

২২৩। " মাকোন শর্মা হিজংমায়ুম

২২৪। " কৃষ্ণপ্রসাদ সিংহ ক্ষেত্রিময়ুম

২২৫। " রাম সিংহ সোরাইসম

২২৬। " রাধামাধব সিংহ অহৈবম

২২৭। " গৌরকিশোর শর্মা বাচস্পতিময়ুম

২২৮। " বৃন্দন সিংহ থৈনম

২২৯। " ইবেমচাও সিংহ লোরেখোনবম

২৩০। " তমাল সিংহ অথোকপম

২৩১। " নৈরেন সিংহ অথেম্বম

২৩২। " খাবাদনা রাজকুমার

২৩৩। শ্রীযুক্ত নদিয়াচান্দ সিংহ কুমাবাম
২৩৪। " জন্ম সিংহ ওইনাম ক্লার্ক
২৩৫। " তমাল সিংহ অরেকপম
২৩৬। " কুমারধন সিংহ লৈশাংথেম
২৩৭। " যাদব সিংহ অহমথেম
২৩৮। " পণ্ডিত ব্রজমোহন সিংহ সৌরাইজম
২৩৯। " চন্দ্র সিংহ আরামবম
২৪০। " সর্দ্দার সিংহ সক্কাম
২৪১। " অতোমবা সিংহ থোকচোম খিদাদার
২৪২। " নেত্র সিংহ সক্কাম।

(বড়খোলা) বড়রামপুর—

২৪৩। শ্রীযুক্ত সামু সিংহ সরকখাইবম
২৪৪। " ইন্দ্রধ্বজ সিংহ লাইরাকপম সরপঞ্চ
২৪৫। " সনাই সিংহ লাইরিকয়েংবম
২৪৬। " নন্দকিশোর সিংহ "
২৪৭। " গোলামকান্ত সিংহ "
২৪৮। " চন্দ্র সিংহ লাইরাকপম
২৪৯। " যোগেশ্বর শর্ম্মা পাওয়মযুম।
২৫০। " খম্বো সিংহ য়েংখোম মেম্বর
২৫১। " যুবরাজ সিংহ সরাংথেম

লক্ষীপুর—

২৫২। " হরিমোহন সিংহ বৈরাম

২৫৩। শ্রীযুক্ত কালা সিংহ যুমাম
২৫৪। " খেঁমদোল সিংহ হাওবম
২৫৫। " মদন সিংহ নোংপোকলাকপম
২৫৬। " মনেশ্বর সিংহ , এল, পি, ১ ম: শি,
২৫৭। " ইবুংঙোতোন শর্ম্মা লাইময়ূম
২৫৮। " বীর সিংহ মাষ্টার খোকচোম
২৫৯। " বিষ্ণু শর্ম্মা খোঙাতাবম
২৬০। " কৃষ্ণ সিংহ থাংজমাকপম
২৬১। " বসন্ত সিংহ মাষ্টার চপম
২৬২। " থাম্বালজাউ সিংহ থাংজামাকপম

জিরিঘাট—

২৬৩। " গুণ সিংহ মুক্রাম

শ্রীধার—

২৬৪। " জমিদার লালা সিংহ হাইস্নাম
২৬৫। " ব্রজমোহন সিংহ হৈবীখাবম
২৬৬। " রমন সিংহ সরপঞ্চ কম্রবম
২৬৭। " সুকদেব শর্ম্মা খোঙাতাবম
২৬৮। " রতন সিংহ খোকচোম

শিবপুর—

২৬৯। " বিনোদবিহারী সিংহ যুমাম
২৭০। " গৌরমণি সিংহ খুমুকচম

২৭১। শ্রীযুক্ত ইবোচা সিংহ পাওম্বম

২৭২। " গোপেশ্বর শর্ম্মা ব্যাকরণ রত্ন—সালাং

২৭৩। " ব্রজবল্লভ বন্দোপাধ্যায় লাইকোন

২৭৪। " বনমালী শর্ম্মা অরিবম হৈস্নাম লৈকাই

২৭৫। " চূড়া সিংহ সিনাম পুখিখাল

আশ্র লাবুক—

২৭৬। " বাবুচাওবী শর্ম্মা

২৭৭। " বাবু সিংহ কোঠৌজম

ঝাঁপ কান্দি—

২৭৮। " মুক্তা সিংহ আহোংসাংবম পঞ্চায় মকোক

(৫ খণ্ড) সেজেরকম—

২৭৯। " চূড়া সিংহ কোজেংবম

২৮০। " কালা সিংহ কুরিং সাবম

২৮১। " মেঙ্গবান সিংহ "

২৮২। " গিরিশবাবু সিংহ মোইরাংথেম

২৮৩। " গৌরচাঁদ সিংহ মাষ্টার থাংজেনবম হৈস্নাম লৈকাই

২৮৪। " পদ্ম সিংহ কৈশাম মুকুন্দ লৈকাই

(জয়পুর)

২৮৫। " কবিরাজ অচৌপাষা সিংহ মেঙ্গবম

২৮৬। " বকুল সিংহ খুজাম

বনরাজ—

২৮৭। শ্রীযুক্ত ধনবাবু শর্ম্মা অধিকারী ময়ুম
২৮৮। ,, অকোই সিংহ কক্রিময়ুম
২৮৯। ,, ব্রহ্মানন্দ শর্ম্মা হজারি ময়ুম
২৯০। ,, নরেন্দ্র সিংহ লাইশ্রম আঃ বেঃ মঃ সোঃ সহকারী সেক্রেটারী
২৯১। ,, অযোধ্যা সিংহ থোকচোম
২৯২। ,, স্নাহল রাজকুমার
২৯৩। ,, জয়চন্দ্র শর্ম্মা ব্যাকরণ রত্ন
২৯৪। ,, গৌরবাবু সিংহ মুতুম
২৯৫। ,, সজাই সিংহ ,,
২৯৬। ,, বাবুস্না সিংহ ,,
২৯৭। ,, বাবাচাঁদ সিংহ ,,
২৯৮। ,, হরিবাবু মুখাজি
২৯৯। ,, গোবর্দ্ধন সিংহ নিংথৌজম
৩০০। ,, কালাচান্দ সিংহ ওইনাম
৩০১। ,, বেণীমাধব সিংহ মুতুম
৩০২। ,, মৈনেস্না রাজকুমার

সুনাই—

৩০৩। ,, তোমজৌ সিংহ এলাংবম
৩০৪। ,, মাইপাক সিংহ বাংথৈময়ুম

(সোনাই) গোবিন্দ নগর—

৩২৫। শ্রীযুক্ত ক্ষীরোদ সিংহ রাংখেম
৩১৬। " দুর্গো সিংহ সরপঞ্চ এ' খেম
৩২৭। " গোকুলচান্দ সিংহ সাইখোম
৩২৮। " কবিরাজ খোইদ্রম সিংহ মোইরাংখেম
৩২৯। " ইন্দ্র সিংহ খাঙেনবম
৩৩০। " গোলামজাত সিংহ লাংফ্রাকপম

উধারবন্দ)

৩৩১। " অভোয়াইমা সিংহ মোকোর
৩৩২। " কাহ্নাই সিংহ ওইনাম
৪৩৩। " নন্দলাল শর্ম্মা হিদংময়ুম
৩৩৪। " আভোন দেবী হিদংময়ুম শিক্ষয়িত্রী
৩৩৫। " ছত্র সিংহ চোং থুমখাংবম
৩৩৬। " নন্দকুমার সিংহ কোনসম টি, কোং ক্লার্ক
৩৩৭। " তোলেনমচা সিংহ থোমজ্রাম মেম্বর
৩৩৮। " বকুল সিংহ ওইনাম
৩৩৯। " তাম্রধ্বজ সিংহ কন্ত্রিময়ুম ক্লার্ক
৩৪০। " রামকাহ্নাই সিংহ থাংজম সরপঞ্চ
৩৪১। " মেরাচাউবা সিংহ লাইশ্রম রেঃ ক্লার্ক
৩৪২। " থাম্বালজাউ সিংহ মৈস্নাম কন্ট্রাক্টর
৩৪৩। " ব্রজ সিংহ লাইরিকয়েংবম মটর ড্রাইভার।

# নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভাগী তৌখিবা থৌরম বিষয় খল্লবা সভা

—— { * } ——

তা ১৬।১।৩৬ ইং অয়ুক পুং ৮ ভাবদা মহাসভাগী ডেলিগেট পুম্নমক মহাসভা মাণ্ডপতা চংই। মতম অদুদা মহা-সভাগী পেটতা মণিপুরী জাতীয় পতাকা থোংলি থিরান অমসুং মহামান্য ভারত সম্রাটনা লোংগাখিবগী শোকী মতম ওইবনা থিরান চৈখোক্লি থাইবেংলা থমখি।

সভা অসিদা শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম: এ: মণিপুর স্কুল ডিপুটি ইন্সপেক্টর মহোদয়না সভাপতি ওইরম্লা। বিষয় নির্ব্বাচনী সভা শেমখি। অসিদা মুখং অসিগী অয়ুকী থৌরমগী থবক লোই।

সুংখিন পুং ২ ভাবদা বিষয় খল্লব সভা কমখি অসিদসু শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ, মণিপুর স্কুল ডিপুটি ইন্সপেক্টর মহোদয়না সভাপতি ওইরম্লা। মহাসভাগী ডেলিগেট অমসুং সদস্যশিংনা শেথোক্লকপা বিষয় থর খল্লবগী থুমিদাং পুং ৭।০ ভাবদা জুরিং অসিদগী সুংখিনগী তৌগদবা থৌরমগী থবক লোই।

তাং ২৭।১।৩৬ ইং অয়ুক পুং ৮ ভাবদা বিষয় নির্ব্বাচনী সভা তিল্লি শ্রীযুক্ত নিত্যানন্দ শর্ম্মা অমসু মণ মমলেগী প্রতিনিধিনা

বেদগী প্রার্থনা মন্ত্র পাঠ তৌই সভাপতি অমস্তু' সভা অপুম্বা চপ মান্নবা হৌগতুনা থুং জোর তৌরগ শান্তি পিনহৈবা ভগবানগী চরণদা স্বর্গীয় মহামান্য সম্রাটকি আত্মা শান্তিগীদমক প্রার্থনা তৌখি।

তাং ২৭ ১। ৩৬ ইংদা খরবদা হাংহৌবা বিষয় মখে তা ২৯। ১। ৩৬ ইংগী নুংথিন পুং ২ তাবদা বিষয় নির্ব্বাচনী সভা কমন্না খরাখি। শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ, ডিঃ আই না সভাপতি ওইরিবখি। নুমিৎ অসিদা মহাসভাদা পুরোক্ত-কদবা বিষয় অপুম্বা লৌইনা খরখি।

---

## মহাসভা নুমিৎ

তাং ৩০। ১। ৩৬ ইং মহাসভা নুমিৎ অসি নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভাগী কার্য্যকরি সমিতি অমসুং স্বাগতকারী সভানা মণিপুরী জাতীর রাজা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজকু ওকুবগী থৌরাং অমসুং তোপন'চ'বা কাঙ্গনবী লাংজরবা অপুম্বা শ্রীযুৎকি মপা পুক্রিং মচুং ইরা অসিগুম্বা শরাবগী মতম অসিদা পুমতোক তোকখি ইচম চম্বা মহাসভাগী গেটতা স্বাগতকারী সভাপতিনা চিংহনা ডেলিগেট অমসুং স্বেচ্ছাসেবকনা ওকচখি। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজক থুনেং গাড়ীদা মহাসভানা কংচখিগা জাতীয় পতাকা থেংনা মপা থোংলেংলকই নুংথিন পুং ৩ মিঃ ১৫ তাবদা শ্রীযুৎকি বিশ্রাম সদাবদা লেংশিন্নুনা বিশ্রাম তৌই।

বিশ্রাম সঙ্গায়দগী মহাসভাগী মাণ্ডপ কাওবা লম্বীগী নাক য়েন্না লকু পরেং অদুগী মরক মরক্তা মণিপুরী জাতীয় পতাক অমসুং লৈ-শুনা শেম শাই, মণিপুরেশ্বরনা সনা খোংলেংগদব বিশ্রাম সঙ্গায়দগী মহাসভাগী মাণ্ডপ ক -ব কয়াংক্তা অড্ডাংবগী মথক্তা ফিংজৌনা থুংনা থাই লম্বীগী নাকয়েন্তা কিরান পায়বা সেচ্ছা সেবক অমসুং ডেলিগেট পুম্নমক্না মথক্তা কিরান পায়দুনা অদুগা থুংলায় পায়দুনা মৈতৈ সিপাহীনা হৌনবী পোষাক শেত্ না বাজাইগা লোয়নন স্না খোংগন চাইদুনা লে। মণিপুরী জাতীয় রাজা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোনা নিংথিরবা রাজবেশ খোম্লুনা স্বরূপা চোং, শকপিন, পে, থাং, ভ', লোংমৈ কুরাংকৈনচিংব খৌগয়া ন'কয়েং অমসুং কুদা, য়েং ওইদা মরাম্লুং ইবুংঙো শ্রীযুক্ত ডিগেন্দ্র সিংহ চৈরাপ মেম্বর, চুড়াচান্দ জংলো ১ ২৯ সহায়ক স দি প্রেসিডেন্ট, মবাইবুংঙো শ্রীযুক্ত অহোমচৌবা সিংহ অহোম নিংথৌ, চৈরাপ মেম্বর, নিঃ হিঃ মঃ মহাসভাগী সহকারী সভাপতিনা সনাগী পোষাক খোম্লুনা সমা খৌগন অমসুং শেম্লুং শামুংনচিংবনা সন খোগন ভৌরগা মহাসভা মাণ্ডপ তাম্না সনাখোং লেংখোকই থুংলাই পায়বা মৈতৈ সিপাহী পুম্নমক্না শলামথী বাজাই খোংলকপগা লোয়নন হৌনবী শলাম কংলি। মহাসভাগী সেচ্ছা সেবক, ডেলিগেট অমসুং দার্শক মণিপুরী পুম্নমক্না মনিংথৌবু শেম্না দর্শন তৌজরগা থুকউ থুমক কুম্না চাইদুনা থুক্রমদুনা রাজভক্তি কংঠে। মনিংথৌবু দর্শন কংজবদা পোকপগী মহৈ য়াম্লে হায়না নিংজখি মথোয়গী

পাত্তীগ' মনিংথোন হায়না 'বল্লাত্তীগী মথাংদা লেমজুন বারী হৌজাখ।

মহাসভ মাণ্ডপকি মথক্তা কীচো ফীজং অমম্নুং পাম্বু অতাংবগী চন্দ্রবানা শিন্দুংনা থল্লি। উখোং খুদিংমক অচৌবা ফিনা য়োম্বই, কজ কজরব, তসবীরনা লৈতেংহই। মাণ্ডপ মনুং ফিদানা শিন্দুংনা থাহ। মাণ্ডপাক খা থংবদা মায় অরাং ওম্না শ্রীযুৎকি খুদা করাংজি মথক্তা ফীচো য়োম্নুম য়োম্লেক সনাগী খুদোং হিদাক-পুনাচংবা 'নংথোগী পোংলোই সম্পোং, 'তুংদা অরাংবা য়েট পারম থেংবদা পুক্লিং হয়রবা ফীদানা লৈতেংই অদুগী মথক্তা শ্রীযুৎনা লেংশিনবদা মাতক চাবা খুদা চেয়ার, য়েং থংবদা লৈ-তুন লেতেংলবা টেবিল।

শ্রীযুৎনা স্ন খোংলেংলকপদা সেচ্ছা সেবক, ডেলিগেট অমসুং দর্শক পুম্নমক খোজেল অমতা ওইনা "জয় জয় মণি-পুরেশ্বর মহারাজাক জয়" হায়বা জয়ধ্বনি হম্না হম্না লাওখি। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোনা খুদাদা লেংশিনবগা খুদাগী য়েং ওইদা লৈতেগী হোনবী মথুং হম্না খুদেশেন কাওশেন-চিংবা তুনা থাদ্রিবা আসন্দা মবাহই ইবুংঙো অতোম নিংথৌ অমসুং ময়ান্দুং ইবুংঙো লেংশিন্নি মহাসভাগী ডেলিগেট অমসুং দার্শক পুম্নমক মাগী মাগী কমকমদা ফমখি।

মহাসভাগী কার্য্য সূচীগী থবক হৌই। অনামবদা মহা-সভাগী পক্কদগী মবাহ ইবুংঙো শ্রীযুক্ত অতোমচৌবা সিংহ অতোম নিংথৌ, চৈরাপ মেম্বর, মহাসভাগী সহকারী সভাপতিনা সভাপতি

শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংহোমা নিংথিজরবা পুষ্পমালা কৎলি। স্বাগতকারী সভাপতি—শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্রচন্দ্র মুখপাধ্যায়ন অভিভাষণ পত্র পাই। অসিগী মতুংদা মহাসভাগী রিজোলিউসন তৌখি। মহামান্য সম্রাট পঞ্চম জর্জনা লোংখ্রিখবগী মরমদ শোক প্রকাশ ী রিজোলিউসন অকানবা পাই মতম অসিদ থুৎনা চেয়ারদগী লেংখৎলি ডেলিগেট পুংমকম্ব হৌগত্নুন মিনিট মঙা লেপ্তুনা স্বর্গীয় সম্রাটকি অত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি। ২ শুবা রিজোলিউসনদা স্বর্গীয় ময়াম্বু ইবুংহো রাজা ভূম্বু সিংহ বড় সেনাপতিনা লোংখিবগী শোক প্রকাশ তৌহুনা সভা অপুমবা মিনিট ৩ লেপ্তুনা স্বর্গীয় ময়াম্বুং ইবুংহোগী আত্মা শান্তি পিনবিবা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌখি

রিজোলিউসন অনিগী থবক লোইরবা তুংদা কদ্দক শ্রীযুৎনা কাছারদা খমনুং কীর্ত্তন তৌবগী মুংঙাইবা কাছারগী মেম্বর-শিংগী পক্কদগী শ্রীযুক্ত হিজম রমন সিংহ বি: এ: বি: টি: না উৎখি।

মহাসভাগী পক্কদগী শ্রীযুৎ সনা চরণদা অভিনন্দন পত্র কৎলি, অভিনন্দন পত্র অমু শ্রীযুক্ত রমন সিংহ বি: এ: বি: টি: না পাই।

শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজনা লেংখত্নুনা নিংথিরবা অভি-ভাষণ তৌবিখি।

মসি মাথং অভিভাষণ তাকপিবা লোইরগা মহাসভাগী বাৎলিবা থবক কহকারী সভাপতিনা লোইনবা তৌনবা সন

য়'থং ভাকপিরম্মগা সভাদগী বিশ্রাম সঙ্গায়দা লেংশিন্নুনা বিশ্রাম তৌবিখি।

সন। খোংলেংথোকপ্রবা মতুংদা স্বাগতকারী সভাপতি— শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্রচন্দ্র মুখোপাধ্যায়না সহকারী সভাপতিদা পুষ্পমালা চুক্তুন সভাগী থবক তৌবিনবা নিংশিংই। পুকচেন চাউবা সহকারী সভাপতিন সভাপতিগী থবক তৌবিদুনা মহাসভাগী রিজোলিউসন পুম্নমক অমম্ভ ওইনা থম্মখি। রিজোলিউসন পুম্নমক সভানা চপ মান্নবা য়ানখি মহাসভাগী পঙ্গদগী জেনেরেল সেক্রেটারীনা সভাপতি অমসুং সভাগী সদস্য পুম্নমক ধন্যবাদ তৌখি সভাপতিনা সভা লোইবগী য়াথং ভাকপিদুনা নু'মদাং পুং ৯॥০ তাবদ নৈপাক নৈপাকি ডেলিগেট পুম্নমক্তা বিদায় তৌনদুনা সভা লোইখি



# নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

# অনিশুবা চহি

——{ * }——

স্বাগতকারী সভাপতি—শ্রীযুক্ত খেলেশ্চন্দ্র মুখোপাধ্যায়গী

অভিভাষণ

ভাইবংপানবগী মপু শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরণদা হয়া হয়া খুরুমজৈ। শ্রীল শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচান্দ সিংহজী কে, সি. এস, আই, সি, 'ব, ই, বাহাদুর ভক্তরাজর্ষি শ্রীকৃষ্ণসেবা বিনোদ ধর্মপালক বীরচূড়ামণি, ডা৹ম্পাঙ্গম্বা, হুয়েন লাংশৈ কাব নৃপচূড়ামণি ইবুংঙোগী সা চরণদা ভক্তিনা মাংওইনহনা খুরুমজৈ। মহাসভা অসিদা কন্নিরিবা ভদ্রলোক পুম্নমকপু সম্বর্দ্ধনা তৌজৈ।

ননাইদি সনা থোঙ্গনোন খ৹দবা, সভাদা অসি ভাংশ'নি হায়বা খংজদবা অমনি অয়োন অমান পুম্নমক শ্রীযুৎ সনা চরণ অমম্তুং সভাগী শুণনা চাকপিবা নিজৈ।

মণিপুরী পুম্নমক্কি লাইবক কবনা হৌসি কন্নিবা সভা অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নখোইরবা মরূপ অর্জ্জুনগী মচা বভ্রুবাহনগী বংশধর— শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোনা সভাপতিগী আসন লৈতেংবিহনা অয়াম্বা মণিপুরী জাতিগী পুক্নিংদা উৎসাহ অমম্তুং থুংহাইবা পোকহনবিরে।

ইংরেজী কুমশিং ১৯৩৮ শুবদা মেগী তাং ৩০ দা মণিপুরদা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অহানবা অধিবেশনদা শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোনা সনা খুং মরূ মণিপুরী জাতি পুম্নমক্কী হিনকম ওইবা মন্দিরগী মুক্ষম লিংখৎলিব্রে। মসি হিল্লিবা মহাসভাগী অনিশুবা অধিবেশন অসিদসু শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোনা সভাপতি ওইবিরুরন মন্দির অসি মথং মথং মপুং ফাননবা তৌবিবসিদা মণিপুরী জাতী খিবিক্কি মুংঙাইবগী মঘৈ লৈব্রে।

মসি তারাপুরদ (কাছাড়) ফমখিব মহাসভাগী অনিশুবা অধিবেশনদা শ্রীযুৎ ইবুংঙোন সভাপতিগী আসনদা ফানবিবসিদা অদুগৈ শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোন কাছারদা সনাখোং লেংলকপা মতমদা "মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মণিপুরী পুম্নমকপু মণিপুরদা লৈরিবা প্রজামক্তা চপ মান্ননা খল্লি" হায়না তাকপিরম্বা সনা য়াথং অদু অরেম্বা নঙে হায়বা হংলেং হংলেং খংজরে।

শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোনা মণিপুরগী রাজসিংহাসনদা ফান্-দুনা লৈরিবা মরম্না মণিপুরদগী রাখোক রায়াত্না পুম্নমক শ্রীযুৎনা তাকপিরি। মণিপুরগী মপান্দগী সমাজ অমসুং ধর্মগী মরমদা খোকপা রাখোক পুম্নমক লোইশিনবিনবা লৈতবনা মিচংতানবনা একতা অমসুং উন্নতিগী মরমদা খোইদোকপা অপনবা ওই। হৌজিক্তি শ্রীযুৎ ইবুংঙোনা মণিপুরগী মপান্দ লোমদম্ব সনা য়িংয়েং তাবিরকপাসিদা মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মণিপুরী পুম্নমকী পুক্নিংদা অখোয়বা আশা পোক্লে।

কাছারদা লৈরিবা ননাই ঐখোয়না তৌজরিবা থোরাং পুমনমক অসি ওহ্নোক্ন মতিক চানবা অমা ওইরে, বিদেশদগী ভদ্রলোক খিবিকনা মতেং পাংবিবা মরমনা মহাসভা কমবা ভম্নিবনি। তৌজরিবা থোরাংনা শ্রীং সনা পুক্নিং পেমনবা অমম্তুং সভাদা য়াওবিরিবা ভদ্রলোক খিবিক্তি মুঙায়নব হায়বয় ইথোক থোক্তরে অসিদগী মথক্তা বাহৈ অথুপ অমা হায়রুনা ভরাগী পেমনবা তৌগদবত্ন লৈতদে।

ননাই ঐখোইনা কচ্চরিবা পুক্নিংগী অশেংবা ভক্তি লৌবিরুনা শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙো অমম্নুং কম্বিরিবা ভদ্রলোক পুম্নমকি ক্ষমা শুগনা অয়োন অরান পুম্নমক ক্ষমা তৌবিবা নিংজে। অরাবা অমাংবা খিবিদরুন লমদম থাপ্প-থাপ্পবদগী লেংবিরক্লিবা ভদ্রলোক খিবিকপু ধন্যবাদ তৌজে।

শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোনা মন'ইশিংবু চানবিরুনা সভাপতিগী আসন লৈতেংবিবসিদা ননাই ঐখোয় পুম্নমক্তা আন্তরিক ধন্যবাদ য়া চরণদা কৎচে অমম্নুং শ্রীভগবানগী মফমদা শ্রীযুৎকি মঙ্গল-গীদমক ভক্তিগা লোয়ননা প্রার্থনা তৌজে। ইতি

নিবেদক—

সহী—শ্রীখেলেন্দ্রচন্দ্র মুখোপাধ্যায়।
সভাপতি অভ্যর্থনা কমিটি নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভা।

— — — —

মহামহিমার্ণব শ্রীল শ্রীযুক্ত গুরুশক্ত যুক্ত মণিপুরেশ্বর, হিজহাইনেস সার শ্রীচূড় চাঁদসিংহ মহারাজা কে, সি, এস, আই, সি, বি, ই, বাহাদুর নৃপবরাজর্ষি শ্রীযুক্ত সেবা বিনোদ ধর্ম্ম পালক বীর চূড়ামণি ডাঙ্গিপণ্ডগা হয়েন লাংলৈলকাবা, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী সভাপতিগী সনাখুমা লক্ত।

# অভিনন্দন পত্রম্

শ্রীচরণ পঙ্কজেষু।

মহিমময় মণিপুরে কীর্ত্তিকাশ্চাভিপূর্ণে, সকল বিভবযুক্তে প্রেমধারা প্রসিক্তে। অমর ভবন তুল্যে পুষ্পভারৈঃ সুরম্যে, জয়তি নরসিংহ ভূপবংশাবতংসঃ॥ নিরুপমগুণযুক্তঃ ভাজুর্নের্বংশজাত নিরবধি যততে যঃ সজ্জনানাং হিতার্থং। মধুরিপু পদযুগ্মং সর্ব্বদা সেবমানঃ; জয়তি জয়তি দেবশ্চূড়চন্দ্রো নরেন্দ্রঃ॥

সভাপতি নিংথৌরেন ইবুংঙো, মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা লমদম তাম্না চাইনা খুন্দাপ্রবা মণিপুরী জাতিগী প্রতিনিধি পুম্নমক্না ভক্তিগী মাংগইনহন, এনা চরণদা হংচবদি:—

শ্রীযুৎ ইবুংঙোবু মণিপুর সনালৈবাক্কী নিংথৌরেন, মণিপুরী পুম্নমক্কী কোকথক্কী লৈতেং অমসুং ধর্ম্ম, শিক্ষা, জাতীয় উন্নতিগি থৌরাং থিবিক্না লমজিংবিবা ওইনা, কংজবশিদি মমাইদো মবুথৌ ইবুংঙো নিংথৌরেনশিংগি সনা হাক্কক্না মণিপুরী থিবিক্না কক্কবিবা অচেৎপা রাজভক্তি অমসুং নংথিবা অরা অনা লিশিং

লিপিংগি মহৈনি. অমহিক্তি ননাই ঐখোইগি লাইবক ফবগি খোইদোকপা থূদম অমনি।

ঙসি তিন্নিবা সভা মফম অশিদগি নক্লা লৈরবা টিলাইনমী চাংদূম মগাম অশি উর। অহূবৈ বৃটিশ সিংহগী সাহয্য দংহন অওয়া বিজয় তৌবা মতমদা মবুখো ইবুংঙো ৺গম্ভীর সিংহ অমসুং ৺নরসিংহ মহারাজ অনিনা উংপিখিবা স্বদেশ প্রেম অথোইবা থৌনা অমসুং পান্দমনিংবাহ লৈতবা পাজন পূর্ণমক তয়ং তয়ংনা নিংশিংজই।

যেন্নবশিংগী লানগী ইরৈ খাংব ঙমদহুনা লমদম তান্না চাইনা লৈখিবা অমসুং নিংখিবা অরাবা পূর্ণমক হৌজিক্তি মণিপুরি জাতিগী মীশিং হেনগৎলরে অমসুং উন্নতিগী থূদা থারম্বা খোল্লরে।

শ্রীযুৎ ইবুংঙো সনা হাজক অসিদা জাতীয় উন্নতিগীদমক তৌরিবা থৌরাং খিবিক্তী মরক্তা বিশেষ ওইবদি :—

(১) নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা লিংখৎপিহনা মতম কুইনা শকথং মাইথং নদনা লমদম লাপ্না লৈরবা মণিপুরী জাতি পুম্নমকপু জাতীয় প্রেমগী চেংলবা লংলানা পুন্সিন্‌খিরে।

(২) চহি লিশিং লিশিং লান্নংখবনা মতমগী অমম্বা গর্ভদা মুপ্রনা লৈরবা মণিপুরগী পুরাবৃত্ত পুথোক্লবগীদমক মণিপুর ঐতিহাসিক অনুসন্ধান সমিতি লিংখৎপিরে।

(৩) অতৎপা লৈতনা পরিবর্ত্তনশীল ওয়রবা জগৎ অসিদা উন্নতিগি অনৌবা ইচেম খিবিক অহু চাংন কোয়রবা মণিপুর

লৈপাক য়েৌবা থরা খিঙ্গি সনা থাক্তক অসিদদি লোন, জাতীয় সাহিত্য, ধর্ম্ম, শিক্ষা বিজ্ঞানচিংবা হিরম খিখিক্তা উন্নতিগী মঙান য়াম্ন লায়না উব ফংজরে

(১) থৌজান হৈরবা মতিক চাওরবা বৃটিশ গবর্ণমেন্টনা হৈলবা মরুমদা খুণ্ডুন লৈবা মরম্না ধর্ম্ম শিক্ষানাচিংবা মরম খিখিক্তা উন্নতিগী লুক হোংনবা ঙমজরে।

শিং ইবুংঙোনা খুঙায় য়ায়ফনা মতম কুইনা মণিপুরী পুন্নমক্কী লমজিংবিবা অমসুং ঙনকম ওয়বিবা থৌজান হৈরবা য়ায়ফবা পিনহৈবা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী শ্রীচরণদা প্রার্থনা তৌজে।

সনাচরণগী তোল্লবা নন ই—

নিখিল হিন্দু মণিপুরী বৃন্দানাং

---

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী পক্ষদগী মণিপুরাধিপতিদা কৎপা অভিনন্দন পত্রগী পাওথুম মহা মহিম শ্রীল শ্রীশ্রী ১০৮ যুক্ত মণিপুরেশ্বর হিজ হা নেস মহারাজ সার চূড়াচাঁদ সিংহজী বাহাদুর কে. সি, এস, আই, সি, বি, ই, ভক্ত রাজর্ষি শ্রীকুণ্ড সেবা বিনোদ ডাম্পী ওন্না হয়েন লাংশৈফাবা, ধর্ম্মপালক বীরচূড়ামণিগী মা য়াথং পাওথুম।

শিলচর তাং ৩০। ১। ৩৬ ইং

**মহাসভাগী সভা অপুম্বা !**

ঐবু সভাগী মেম্বর পুম্বনমক্না মনিংথেনি নিংজুনা তৌরম্বা ব্যবহার অপুম্বা উবদা ঐ য়াম্না পেল্লে ঐনা সভাগী থবক তৌগদববু মহামান্য সম্রাটকি স্বর্গবাস ওইবা মরম্না থে রমদবে; মাহগী মরমদা ঐনা ২১ জানুয়ারীদা হাইগ্রব অদুনি।

মণিপুরী জাতি পুম্নমক্না পুক্নিংগী অরুবা লমানা পুন্দুনা তন্নিবা সভা অসি ঐনা চেৎসননহনবতান, মাসিদি ইবুধৌ ইবুংঙোশিংগী স্না হাকথকপীনা মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী চাংদম্নবা লৈভবা জাতিয় প্রেমনা ওইহন্নক্লিবনি। হৌজিকসু ঐখোইগী জাতি অসিদা প্রেম অদু কাইদনা লৈরি হায়বা উবদা ঐ য়াম্না পেল্লে। ঐনা নিংলি—মতুংদসু মাসি কোকলরোইদবনি। মাসি য়েংগে হায়বগীদমক্তা ঐনা চিংশাং অসিদা চিংলোন মাপন লাম্না খোংনা লাকইবনি।

ঐনা মণিপুরী পুম্নমকপু বিদেশী মণিপুরী মক্তগা প্রবাসী মণিপুরী হায়নিংদে, মরমদি ঐখোয় পুম্নমক ভারত মচা ওইরকনি, মণিপুরসু ভারতকি মখুং চনবনি। অদুনা জাতি পুম্নমক অসিগী লৌবুক তিন্নরবসু লৌখোই অমত্তনি। অদুনা মণিপুরগী লৌখোই অদু লৈরিবা জাতি অপুম্বসি মশা অমত্তনি। থাইনা ইবুধৌ ইবুংঙোশিংগী স্না হাকথক্তা মৈতৈশিংনা মমল য়ামথ্রবা মখোয়গী জৈ শিদুনা ওইকন্নিবা অদু জাতিগী জাতীয়তা ওইকন্নিবনি। হৌজিকি ভারতকি মণাননি হায়বা উথরবসু পূর্ব উপদ্বীপ কাউবা মৈতৈগী ঐনা মমল ওইনা লৈরম্নবনি, অদুনা মকম অদুদা লৈরিবা

মৈতৈ পুন্নমক অন্থগী মশাদ জাতিগী প্রেম অন্থ মুত্তরি। অহুনা অরাদ। লৈখিবশিং অহন্থ মশা অমগুনি, নুংঙাইতবদি—সুর্য্যাভেজিদা মণিপুরীশিংগী পুকনিং তিন্নদবগী পক্ক অনিমক পুন্না কমিন্নদবসিন্তদি ঐ নুংঙাইতে, মহাসভাদদি পুন্না থবক তৌমিন্নবনি হায়না ডিংই। অহুনা অরোইবদা হায়দনবদি ঐখোই পুন্নমক্তা ইবুংঙো শ্রীশ্রী৺গোবিন্দজীউগী শ্রীচরণগী ছন্নচ্ছয়াদা, লৈন্নুনা জাতিগী ধর্ম্ম অমস্থুং প্রেম অন্থ চাকুনা ঐবু নখোইগী জাতিগী অমস্থুং ধর্ম্মগী নিংথৌনি হায়জবনিনা ঐগা লোয়নহুনা মতিক চাউবা সরকার বাহাদুরগী পেন্নব হন্না হন্না পৌসি।

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

### জেনরেল সেক্রেটরিগী চহিগী রিপোর্ট

---

পুকচেল চাউবা সভাপতি অমস্থুং সভাদা তিন্নবা ভক্তিশে নমস্‌ ওইবা লাইগুরু অহল্লমন্নচংবা পুন্নমক, ইং কুমজা ১৯৩৪ মে থাগী তাং ৩০ দা নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভা অহানবা অধিবেশন কমখি, অনিশুবা অধিবেশন ১৯৩১ ইং ডিসেম্বর থা বড়দিন ছুটি মনুংদা কমনব থোরাং হোংনবনি ওনখোকপনি। অসিগী মতম থরগা মনাংদা অর্দ্ধনন্নী মতুংদা মহামারীনা মণিপুরদা প্রলয় ঘত্ত অমা থোক্কখিবা ভাদবা কনা, যাওরখোই

হায়না নিংবৈ। অসিগুম্বা অরাবা অসিন মহাসভাগী অনিশুবা অধিবেশন অসি মতম থর রৈথোকপা ঙাখি। অরাবা অতুগী মথক্তা খুদোংচাদবা মণিপুরী জাতিয় মহাসভা; অসগী মতিং-চাবা জেনেরেল সেক্রেটারি ইকাই খুম্নফম ওইবা শ্রীযুক্ত কৃষ্ণ মোহন সিংহ এম. এ বি এল ন্না অচিনবা থবক থরদগী জেনেরেল সেক্রেটারিগী ফম কংথোকই। তাং ২০ | ১০ ৩৫ ইংদ কার্যাকরি সমিতিনা ঐবু জেনেরেল সেক্রেটরি হাপত্তুনা জাতীয় মহাসভা অসিগী লৈরমলিবা থবক পুম্নমক ঐঙোন্দা শিন্নবি থবক পুম্নমক পাংথোক্লবা হোৎনবদা ওথোক্ল অরাবা অম ওইনা থোকখি। কার্যাকরি সমিতি সদস্য অমত্তং মহাসভাগী মেম্বর থরগী মতেং ফংজরমত্রবদি থবক অসি কাওবা পাংবা য়ান লৈরমই। অসিগুম্বা থোথোক ময়াম অসিগী মরক্তা ওসি মহাসভাগী অনিশুব অধিবেশন কমলিবসি মণিপুরী জাতিগী চাওখৎপগী লম্বিদা খাঙ্জেশেংবা ঈশ্বরগী কৃপানি।

মহাসভাগী অনিশুবা অধিবেশন অসি ফমননবগীদমক্তা শিলচরদা লৈবা কার্যাকরি সমিতিগী এসিষ্টেন্ট জেনেরেল সেক্রেটরী শ্রীযুক্ত মেরাচাউবা সিংহ, অভ্যর্থনা সমিতি সভাপতি শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্র চন্দ্র মুখোপাধ্যায়, সেক্রেটারি শ্রীযুক্ত মুমাম চন্দ্র সিংহ নচিংবা সদস্য পুম্নমক্তা হোৎনবগী মরমদা ঐনা খ্বাইদগী কন্নি হেন্না থংহনা হায়জগদগে। অদুম্না অরাবা থবক পুমনমক মাইথোং য়াহনা থেংনবিরগা মহাসভা ফমনবা কোৎনবিরিবা ভদ্রলোক পুম্নমক সভাগী পক্তদগী হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

চহি অসিদা কার্যাকরি সমিতি ওলক থক তিন্নখি অসিগী মখুৎদা মরুওইবা মিটিং অমা য়াওখি। মহাসভাগী অহানবা

অধিবেশনগী ৫শুবা রিজোলিউসনগী, মরমদা ১৯৩৫ ইং ১ লা ডিসেম্বরদা শিলচর গভর্ণমেণ্ট হাইস্কুলদা সুর্য্যাভেলিগী মৈতৈ বিষ্ণুপ্রিয়া হিন্নবা মিটিংগী রিজোলিউসনগী কপি অমা শিলচরদগী এসিষ্টাণ্ট জেনেরেল সেক্রেটারিনা কার্য্যকারি কমিটিগী এপ্রুভেলগী দমক থারকই, তাং ৮। ১২। ৩৫ ইংগী করাও সুংত্তাই উত্নুনা রিজোলিউসন অং পাস তৌদুনা রিজোলিউসন অচ সুর্য্যাভেলি মৈতৈ বিষ্ণুপ্রিয়াদ এসিষ্টাণ্ট জেনরেল সেক্রেটরিগী থম্লা কপি থাখি খুনা অমসু শিলদনা কাংবু অনিমকনা পাউ কংলে অমসুং খংলে হায়না নিংই; মরমদ তাং ১০। ১২। ৩৫ ইংদা কার্য্যকরি সমিতি কমছুনা কার্য্যকরি সমিতি অমসুং অভ্যর্থনা সমিতিদা সদস্য কোওপ তৌদুনা রিজোলিউসন অমা থারকই, রিজোলিউসন অচ মহাসভাগী ১ম অধিবেশনগী রিজোলিউসন নং ২২ ঙবা মতুং থর কায়নেনা কারমশুনা কমিটি কমনবা লাইবিক থমখি। অসিগী মতমদা শ্রীযুত মণিপুরেশ্বর মহারাজগী সনা চরদা লাইরিক অম সুর্য্যাভেলি বিষ্ণুপ্রিয়া হৈটিন ইনাওশংগী পক্কদগী কংকই লাইরিক অসি সম্না থুংন তাং ১৭। ১। ৩৭ ইংদা শিথোক-শিরমই। অহুমগী মরমদা ১। ১১। ৩৫ ইংগী রিজোলিউসন চৎনদবা ওবা য়ারোই হায়বনচিংবা মরোল থমখি। মরক্তইবা ঐগী বাখনদা সুর্য্যাভেলি মৈতৈ বিষ্ণুপ্রিয়া অসি সুংত্তাইনদবগী মরম মহাসভা নত্তে, তাতিগী ইনবা হিন্দু মণিপুরীনা য়াওবদা অথিবা নৈতবামহাসভা অসিদা অসিগী মথক্তা অমুক শিলচরদা কপ্পা মতম অসিদদি মৈতৈ বিষ্ণুপ্রিয়া মমাংদা মহা-

সভাগীসদস্য ওইরমদবসু ওমখুনা জাতিগী চাওখৎনবগী মরমদা হোৎনরমগদা হায়না নিংজরম্‌নি। অদুমক খোকাইবগু শ্ৰীমাতেলি মৈতৈ বিষ্ণুপ্রিয়া ইচিন ইনাওনা চায়রে হায়বা বাহৈ অসি মখৈ তাবদসু মণিপুর জাতিগী মসুংদা অমত্তা ওইবগী খুংশিবগা খৌরিনা পুন্নকলে হায়না থনবদা মুংঙাইজে।

মহাসভাগী ১ম অধিবেশনদগী হৌরকপা থবক খংদং রাগী হৌজনিংই মাসি তাবিবগা সভানসু হরাওবিগনি পেনবিগনি হায়না নিংজৈ।

মহাসভাগী ১ম অধিবেশনদা উনখিবা মরূপ মপাং ইচিন ইনাও পুন্নমক ওসি অমুক উনরে—উনদবা ইচিন ইনাও কয়া অমসু উনরে শকথং মাইথংনরে। চাইনা চাইনা লমদম তম্বা লৈনম্নবা কুইনা উনখিব্রবা উনগনি হায়বগী বাখলসু লৈতবা ইচিন ইনাও ইপা ইচা পুমনমক মহাসভাদা উনহনা পুক্নিংগী বা অমগা অমগা হোদোক্লরিবা অসিনা মহাসভাগী থাইদগী মরু ওইবা চাওখরবা থবক পাংথোকপনি হায়বদা কনাগীসু চিংনক্ম লৈরোই।

মহাসভাগী ১ম অধিবেশন নং ৬ শুবা রিজোলিউসনগী মরমদা ইতিহাস অনুসন্ধান সমিতি অমা লিংখরে। মাতৃভূমি অমসুং জাতীগী ইতিহাসগী মরমদা খিজিনবা অমসুং ইবা হৌগৎলে। অসিদগী শ্ৰীযুক্ত মুকুন্দ বুলোন সিংহনা মাতৃভাষা (ইমারোন)দা লেংবা মণিপুর শক্তালি কৌবা ইতিহাসগী ইংরাজী লোনদা হন্দোকপা কপি অমা সমিতিগী সেক্রেটারীনা

সমিতি কম্বদা পুথোক্লবা অমম্বুং শন্দোক্লবগীদমক পুরকলি মতম লৈখিদবনা ইতিহাস অনুসন্ধান সমিতি কমত্রক্লনা লাইরিক অসি থাংনা নিংথনা থ নবা লম্বেল লৈখিত্রে। হৌজিক লাইরিক অসি ছপা পুমলোই লোইত্র লোইদবা মতমদা থাইনা পুক্লিং হৌওবা মুংচাইবগা লোয়নবা লাইরিক অমমা কংবিক্লনা সমিতিগী থবক্তা পুক্কং থোগৎপিগনি হায়না নিংলৈ।

৯ৎবা রিজোলিউসনগী থবক্তা ইম্ফালদা "গৌরধর্ম্ম প্রচারিণী সভা" কৌবা অমা শিনক্লনা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী শেংলবা ধর্ম্ম শন্দোক্লন থুজোকমুক্তা চাইবা মণিপুরী সমাজগী মপুং ফানবা হোৎনরে। সভা অসিগী থবক অতে অমুক শন্দোকপদা থুদোংচানবা মণিপুরীনা লৈরি লৈরিবা থুদোংচাবা মফমদা সভা অসিগী অতে সাথ থমক্লনা সভাগী থবক পাংথবা তৌরগনি হায়না আশা তৌজরে। সভাগী চাংগী থবকী মরমদা সেক্রেটারীনা থাই থ নবা নোটিশ অমা তৌরকখিগনি হায়না নিংলৈ।

৮ৎবা রিজোলিউসনগী মরমদা য়াম্না থিরবা তুংদা শ্রীযুক্ত য়াঙোম্বা সিংহ রাজকুমার শ্রীযুক্ত য়াইফল সিংহ রাজকুমার অনিনা "free hand skill" সংজাল মরোন ১ম ভাগ কৌবা লাইরিক অমা লেংহুনা ঐহোগ্দা পিবিরকই লাইরিক অসি মকোক্কগী মতোম কাওবা পাম্বনা অমম্বুং মসিগী মরোন অমা অনিম্ব থংৈলেশেংনা পরিক্ষা তৌম্বনা য়েংজরে। বিদ্যা অসি থাইনা মণিপুরদা লৈরমদবা বিদ্যা নত্তে। বিদ্যা অসিদ খুত্তা

খুংলাই পাংছনা য়েক্লববু লাকশিনবা ইয়াও য়াওদে। য়েক্লবন খুঙ্গা খুংলাই চৈথাং য়াওনা লাকশিনক্লবস লৌশিংগী পাইনা খুত্তনা হকচাং কনবা অমসুং যেক্লবযু মতিকচাবা দন্তি পিব ওমগনি। মাহুগী খুদমদি স্বর্গীয় শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজনা উৎপিরমলে শ্রীযুৎনা দগুবং কংলিষ্টে স্ব খুন্দস্ত করিগুস্বা খুংলাই অমত্তা য়াওদবা অত্তগুস্বা ঙবস্থাদা নবীন সিংহনা থাংনা খল্লকপনি মতম অদুদা স্বা খুংনা থাং অদুবু হাইদোক্লনা য়েক্লবযু লায়না দন্তি পিবা ওমখি। অসিগুম্বা মমল পাইক্লবা অমাবা লৈতবা বিত্তা অসি মতম কুইনা লৈতবগুম খল্লম্লবনি। হৌজিক অসিগুম্ব লাইব্রিক অমি ছাপা তৌনবা তোংনজবি।

৫শুবা রিজোলিউসনগী মরমদা মণিপুরদা নারীরক্ষা সমিতি অমা লিংদুনা মণিপুর ষ্টেট অথোরিটি অমসুং শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোগী কৃপাদগী কুমশি চহি অসিদা মরাইবক থীরবী মাতৃজাতিগী ইচন অমা অনগী অহোবা কোকখরে। অসিগী মথক্তা থোইদোকপদি মণিপুরদগী জগোই শাবী দল বিদেশতা জগোইশাবা চংলক্লস্ত ১৯৫৫ ইংদগী শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোনা জগোই দল অমত্তবু বিদেশতা থাবিক্লে মাসে মণিপুরী জাতী পুম্নমকী মিংথিবা অমসুং জাতীগী মমাঙদা ঠৈরবা অমুবা কালিবু কোকহনবিরনা মাতৃজাতিগী সাগ্ৰন ঙাক-পিবনি। শ্রীযুৎ মহারাজ ইবুংঙোগী স্বা পুক্লিংগী মমল য়ামত্রবা থৌদৌ. মণিপুরী জাতীগী মথক্তা শ্রীযুৎকি প্রেম অসিগীদমক থংপদা মতিকচাবা অথেমপোৎ কংব্রবস্থ ঐথোয়গী পুক্লিংগী অসেংবা ভক্তি অমসুং ধন্যবাদ কংকম থোকই।

ঐনা সভাগী মমল য়ামলবা মতম থরদং লৌজরে অসিগীদমক ঙাকপিয়্ হায়না নিজরি। মণিপুরী জাতিনা শেন্থ্রমগী মরমদা অহৈ জাতিদগী থোইদোক্লমক ত্তোল্লি। মণিপুরী অমতংদা কায়রুম্বা শেল লাক্লবা কয়াবারগী লখী অমদা মরাম্নাইনা চংবা ঙমদে। মী ৫ ১০ তিরদুনা অসিগা মরমদা তন্নবদু নত্তে অতুমকপু ঙসি মাওবদি থবক পাংথোকপ। ঙমদরি মরমদি ওন্থোকপা হিগাযরা অমনা মী খুদিংগী নাকোংদা তহনা কামলি "মৈতৈ অনি তিংবা য়াদে"। অসোমদা তাম্নবতা কৌগং-লকপদা হিগাযবা, খোংফম হেনতিনবা মাত্রিতৈদা অমরোমদা লৈত্তবা অরংথপগী মৈনা চাকশিল্লকই। অবস্থা অসিদা হিগাযরা অসি পুন্মুং মুথম্বা য়াদে হিগাযর অসি মম্ম ওন্নবা য়াদে "মৈতৈ অনি তিন্নদবা য়াদে" অসিত্তদা মৈতৈগী লাইরক কবা মুমিৎ মশেক থর থর থোরকদবনি অসিগী মরমদ মহাসভা ১ম অধিবেশনগী ১৯ শুবা রিজোলিউসনগী মথক্তা খাইগী মিংয়েং চিংশিনজৈ।

অরাংপনা শিগদোরবা জাতিবু কম্নবগীদমক্তা কংলবদি অত্তোপ-পাগী মত্তেং লৌবদগু থোইনা অকাযবা লৈপনি নিংঙে। ঐখোইনা নিংশিংশি মণিপুর চহি ৭ খুত্তাকপা, স্বর্গীয় শ্রীমুং গম্ভীর সিংহ, নর সিংহ মহারাজগী স্নাবুক্কি, মতম অদুনা মতিক চাউরবা বৃটিশগী মত্তেং লৌরমম্রবা ১সুং বৃটিশনা তেংবাংলমদরবদি মাতৃভূমি মৈতৈ লৈপাক্তা লোয়ননা মণিপুরী জাতি অসি পৃথি অসিদগী পুন্মুং মুৎলম্মগদবনি। মতম অদুনা স্বদেশ, অমমুং

স্বজাতি উদ্ধারগীদমক মণিপুরগী ঈ দান তৌথ। কৌজিক অরাৎপগী মৈনা চাক্কুনা মুৎপা তারবা জাতিবু কয়নবগীদমকসু স্বর্গীয় শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজগী মশু ইবুংঙো মণিপুরী জাতিয় রাজ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোগী মা বুদ্ধিংগী খোংদোইদা মণিপুরী জাতিনা মশাগী ঈ কনুনা হোৎনদবা য়াদে মতম লৈরিঙৈদা হোৎনহৌদবা য়াদে।

অরোইবা ঐনা হায়জগদবদি মুংশিজরবা স্বজাতিগী লাই গুরু ইপা ইপু ইচিন ইনাও পুরমক, কৌজিক মতম অমা লাক্লে মতম অসিদদি তিনবা অমসুং শেমগৎপনা মরু ওইরক্লে। লবায়গী, শাগৈগী লমগী মুংঙাইনদবা লৈরবসু জাতিগী ওইবদি মুংঙায়নদবা লৈক্ষম খোক্লে।

ইংলণ্ডগী খৃষ্টানশিংগী মরক্তসু ক্যাথলিক অমসুং প্রটেষ্টান্ট সম্প্রদায় অমি খোক্লে হায়নিংঙায় লৈত্তে অৎবু জাতিগী থবক তৌরকপদদি ইংরেজনি হায়বসি থক কাউদে। মণিপুরীদি মীগী মতৌ তথনা খাইদগী মকোকনি হায়নৈ অদুবু অরাবনি মতাং অসিদাদি খাইদগী শোথরে। অদুনা মণিপুরী পুরমক্না জাতিগী চাওখৎনবগী ওইবা মহানজাগী সদস্য মিং চনবিদুনা মক্ষম চাবা চাবদা অনৌ অনৌবা শাথা শেবিদুনা জাতিগী চাওখৎনবা অমসুং মঙ্গলগী লম্বিদা চৎলক্লগনি হায়না পুক্নিংদা চেৎনা থমজরে।

ইতি :—

শ্রীইরাবত সিংহ

জেনেরেল সেক্রেটারি

নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভা।

# রাৱোলসিং

১। মহামান্য ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মবুংঙো স্বর্গীয় সম্রাট পঞ্চম জর্জনা ঈশ্বরগী খুয়া তানখিবা অসিদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা দুখাইশাকনা অরাব কোংদোক্লি অমসুং ঈশ্বরগী খুয়াদা সম্রাটকি আত্মাগী শান্তি নিজাৱ।

রিজোলিউসন অসিগী কপি অমা ইংরেজীদা হন্দোক্তনা আসাম গভর্ণরদা থাবা লেপনরে।

প্রস্তাব তৌবা : শ্রীযুক্ত দ্বিজমনি শর্ম্মা এম, এ, ডিপুটি ইন্সপেক্টর, মণিপুর ষ্টেট—।

সমর্থন তৌবা : শ্রীযুক্ত য়েংখোম কমল সিংহ, রামনগর।

২। শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বর মহারাজ ইবুংঙোগী শ্রীগুরুদেব ময়াম্বুং ইবুংঙো রাজা ডুমজা সিংহ বড় সেনাপতিনা স্বর্গতি ওইখিবা অসিগী মরিদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা অরাবা কোং-দোকলি। স্বর্গীয় ময়াম্বুং ইবুংঙোগী আত্মাগী শান্তি পিনবিবা ঈশ্বরদা নিজরি।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ, ডিপুটি ইন্সপেক্টর, মণিপুর ষ্টেট—।

সমর্থন তৌবা :—শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্রচন্দ্র মুখোপাধ্যায়, শিলচর।

৩। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা কার্য্যকরি সমিতিগী সদস্য ✓ হাংখেম চাউরেন সিংহ সর পঞ্চ, প্রতিনিধি ✓ থাংজম মনিকচান্দ সিংহ চৈরাপ মেম্বর, ✓চৈতন্য শর্ম্মা হিদং শ্রীশ্রী গোবিন্দ-জীউ ব্রহ্মসভা, শ্রীহট্টগী পণ্ডিত ✓বড় শর্ম্মা অমসুং কপ্তনিপুরগী পুকচেন চাওবা ✓পজোর্ক সিংহনা স্বর্গতা ওইখিব. অসিদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা অবাবা ফোংদোকলি। মখোয়গী আত্মা শান্তিগীদমক ঈশ্বরগী চরণদা প্রার্থনা তৌরি।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বর, ইম্ফাল।
সমর্থন তৌবা :—শ্রীযুক্ত জয়চন্দ্র শর্ম্মা ব্যাকরণতীর্থ, সুন্দরী।

৪। হন্নক অর্দ্ধোদয় যুগকি মতুংদা ঐখোয়গী মাতৃভূমি মণিপুর স্না লৈপাক্তা প্রলয় খওজদা মহামারীনা শিখিবা লাইগুরু, ইমা ইপোন ইচিন ইনাও, ইচন ইচাশিংগী আত্মা মুক্তিগীদমক শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী চরণদা প্রার্থনা তৌরি।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত হিজম রতন সিংহ ডিগবয় আসাম।
সমর্থন তৌবা :—শ্রীযুক্ত কৃষ্ণচন্দ্র সিংহ, শ্রীহট্ট।

৫। শ্রীধাম নবদ্বীপতা প্রবাসী ছাত্র অমসুং ভদ্রলোক খিখিক্তা লিংখৎপা "মণিপুরী সেজব" কৌবা সমিতি অসি নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী শাখা অমা ওইবা য়ানরে।

প্রস্তাব তৌবা :– শ্রীযুক্ত শিবদত্ত শর্মা ন্যায় তর্কতীর্থ, নবদ্বীপ।

সমর্থন তৌবা :—শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বর, ইম্ফাল।

৬। মৈতৈ মচা তীর্থ যাত্রী অমদি বিদেশ চত্নবা কার-বারনচিংবা তৌবগী চংলিবশিংগী খুদোং চাননবা। মৈতৈনা খুন্দারিবা মকম মকমগী মনাক নকনা লৈবা রেল অমসুং জাহাজ ষ্টেসন পুম্নমক্তা মৈতৈ মচাবু চাকরি পিবিদুনা থম্বিদু হায়না মাগী মাগী লাইনগী অথরিটিদা মহাসভাদগী রিপ্রেজেণ্টেসন চংসি হায়না লেপ্পরে।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত বিজয়চন্দ্র সিংহ, শিলচর—
সমর্থন তৌবা :— " দ্বিজমনি শর্মা এম, এ, ইম্ফাল।

৭। মৈতৈ সাহিত্য চাওখংনবগী পাম্বৈ অমা ওইনা মৈতৈ লোনগী ষ্টৈল শফোকনবা হোৎনবা হায়না লেপ্পরে :

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বর, ইম্ফাল।
সমর্থন তৌবা :— " মেরাচাউবা সিংহ, শিলচরে।

৮। ব্রহ্মা দেশতা খুন্দাহুনা লৈরিবা মণিপুরী জাতিগী মখম কায়দনবগীদমক সংস্কৃত ভাষা অমসুং মণিপুরী ভাষা শিক্ষা

বিভাগ থম্বিনব ব্রহ্মদেশগী গভর্ণমেন্টতা কায়জবা অমুগা ব্রহ্ম দেশগা অতৈ লৈপাক্কী মণিপুরীশিংগা লমোন ইভিক্কী মরমদা সম্বন্ধ থমবা হায়না লেপ্লরে।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত লালবালা শর্ম্মা, মন্দলে।
সমর্থন তৌবা :—শ্রীযুক্ত হেংখোম কমল সিংহ, রামনগর

৯। মহাসভাগী অহানবা অধিবেশন ১৭ শুবা রিজোলিউসন অমুক থমরে।

মহাসভাগী অনিশুবা অধিবেশন (১৯৩৬ ইং জানুয়ারি) অসিগী মতুং অসিদা কনাগুমবা ক্ষত্রিয়াগী লৌরুরবদি মহাকপু ব্রাহ্মন সমাজচ্যুত ওইহনবা হায়না লেপ্লরে।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত বঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ ইম্ফাল।
সমর্থন তৌবা :— " জয়চন্দ্র শর্ম্মা ব্যাকরণ রত্ন সুন্দরী

১০। পংতি ভোজন তৌনরিবা মৈতৈ গনক (আচার্য্য ব্রাহ্মন) শিংগী মযুমদা চানদবা ভোজুনা মযুমদা চাবা য়ানবা শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বরগী সমা চরণদা হজংনি হায়না লেপনরে।

প্রস্তাব তৌবা :—শ্রীযুক্ত বঙ্কবিহারি ব্যাকরণ শর্ম্মা তীর্থ ইমফাল।
সমর্থন তৌবা :— " কৃষ্ণচন্দ্র সিংহ শ্রীহট্ট।

১১। ব্রাহ্মননা লৈকারগা চংলকপা হায়বদি অন্যায় ওইনা লৌকতুনা নির্য্যাচিত্তা ওইবা স্ত্রী অহুক অয়া ওইনা লৈবা য়ানরে।

প্রস্তাব তৌবা :— শ্রীযুক্ত বঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ, ইমফাল।
সমর্থন তৌব : " রাবত সিংহ মেম্বর, ইমফাল।

১২। মণিপুরগী মপানদা লৈবা মণিপুরী খুন খুদিংমক্ত মতৌলোন তম্নবা নীংমক প্রাথমিক স্কুল সিংনবা লেপনরে।

প্রস্তাব তৌবা : শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ, ইমফাল।
সমর্থন তৌবা :- " ধনেশ্বর সিংহ শিক্ষক, বিন কান্দি।

১৩। মণিপুরী জাতিগী শিক্ষা আর্থিক নৈতিক অসিনচিংব ময়ম খিবক্তা চাওখৎনবগা থৌরাংদুনক "আসম বেঙ্গল মণিপুরী সোসাইটী, কৌবা পুকৈ অমা রেজিষ্টি তৌতুনা লিঙখৎলে। নিখিল হিন্দু মণিপুরী পুম্নমক শায়বদি আসাম বেঙ্গলদ নত্রনা মণিপুর রাজ্য দেশনচিংবা মকম পুম্নমকতা লৈবা হিন্দু মণিপুরী পুম্নমক অমত্তা ওইনা জাতিগী চাওখৎনবা থৌরাং অসিদা য়াওবিবা হায়বা প্রস্তাব ১৯৩৫ ইং নবেম্বর তাং ২৪ দা শ্রীযুক্ত য়েংখোম কমল সিংহনা থারকপা অসিগী মরমদা সোসাইটীগী নিয়মনচিংবা য়েংলগা খম্নবগীদমক সব কমিটী অমা শেম্বা অসিগী তার শ্রীযুক্ত দ্বিজমনি শর্ম্মা এম, এ, না পুবিবা লেপনরে

প্রস্তাব ভৌবা :— শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বর, ইমফাল
সমর্থন ভৌবা : — " বিজয়চন্দ্র সিংহ শিলচর।

১৪। দেশ বিদেশতা লৈরিবা হিন্দু মণিপুরীগী অবস্থান চিংবা হেংনবা অহুম নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভাগী রাখল, থবক পুন্নমক শন্দোক্নুনা মহাসভাগী অচেৎপা কিবমদা অমুক হেন্ন চেৎশিন্নবা মকম চাবা চাবদা সব কমিটি অমমম্ শেম্বা। শ্রীহট্ট কমিটি অসি শেমবগী ভার শ্রীযুক্ত কৃষ্ণচন্দ্র সিংহনা পুবা কায়না লেপনরে।

প্রস্তাব ভৌবা :—শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বর, ইমফাল।
সমর্থন ভৌবা :— " বিজয়চন্দ্র সিংহ শিলচর।

১৫। নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভা কার্য্যকরি সমিতিনা থবক পুবা মতম শুরবনা চহি অসিগী থবক পুনবা অনৌবা কার্য্যকরি সমিতি শেনবা লেপনরে। ওনখিবা চহিগী কার্য্যকরি সদস্য পুন্নমকপু অরাবা থবক পুন্নমক পুশিবগী মহাসভানা ধন্যবাদ ভৌরি।

মথাদা ইরিবা ভদ্রলোকশিংবু কুমশি চহিগী কার্য্যকরি সমিতিগী সদস্য হাপলে।

১। শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি শর্ম্মা এম, এ, ইমফাল মণিপুর—
২। " ইরাবত সিংহ মেম্বর ( জেনেরেল সেক্রেটরী

৩। শ্রীযুক্ত অতোম্বাপু শর্ম্মা বিদ্যারত্ন ইমফাল মণিপুর
৪। " ললিত মাধব চট্টোপাধ্যায় " "
৫। " বঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ " "
৬। " মাইযোম মধুমঙ্গোল সিংহ নম্বোল মণিপুর।
৭। " হিজম রমন সিংহ বি, এ, বি, টি, শিলচর তারাপুর।
৮। " নিজ্জীত সিংহ দেওয়ান, রামনগর কাছাড়
৯। " যেংখোম কমল সিংহ " "
১০ " বিজয়চন্দ্র সিংহ শিলচর "
১১ " ধনেশ্বর সিংহ বিনাকান্দি "
১২। " থুম্বাম কৃষ্ণচন্দ্র সিংহ ভানুগছ শ্রীহট্ট
১৩। " কোন্থৌজম গোলাপ সিংহ সাতসঙ্গম, ত্রিপুরা ষ্টেট
১৪ " নদীয়াচান্দ সিংহ ত্রিপুরা ষ্টেট
১৫ " রাধামোহন শর্ম্মা কাব্যতীর্থ হাইলাকান্দি
১৬। " হিজম রতন সিংহ ডিগবয়, আসাম।
১৭। " মেরাচাউবা সিংহ শিলচর।
১৮। " থুম্বাম চন্দ্র সিংহ "
১৯। " নিত্যানন্দ শর্ম্মা মন্দলে, ব্রহ্মদেশ।
২০। " লালবালা শর্ম্মা " "

ওয়াকিং কমিটিগী মেম্বরশিংনা মখোয়গী থবক্তি মতুং ইন্না অনৌবা মেম্বর কো-ওপ তৌবা মেম্বরশিংগী মরুংদগী তোকখিব।

য়াওরবা মতমদা লৈহৌরিবা মেম্বরশিংনা মচুং হাপ্লগী শক্তি লৈপনি। শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বরবু জেনেরেল সেক্রেটারী হাপলে। চেয়ারদগী প্রস্তাব থোৎকুনা সভানা চপমান্নরা য়ানখ্রে।

Approved.

Sd/-Churachand Singh, K. C. S. I. C. B. E
Maharajah of Manipur.
President.
N. H. Manipur Mahasava.

সহী। শ্রীঅতোমচৌবা সিংহ
অতোম নিংথৌ,
প্রেসিডেন্ট চৈরাপ কোর্ট
সহকারী সভাপতি নিঃ হিঃ
মণিপুরী মহাসভা।

## নোঙ্লুকপগা লোয়নবা নিংশিংজরি।

দেশ অমসুং জাতি সেবাগীদমক নিঃ হিঃ মণিপুরী মহাসভাদা দান থোবিরকপা সদস্য পুম্মকপু ধন্যবাদ থোজরি। মহাসভা ২য় অধিবেশনগী জমা খরচ অতোপ্পা চেদা কোংজরকনি।

ইতি :—
জেনেরেল সেক্রেটরি।

# নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

## ৩য় অধিবেশন।

# মণ্ডলে।

তাং ২৮ ফেব্রুয়ারি }
তাং ১ মার্চ } ১৯৩৭ ইং
তাং ২ মার্চ }

:।*।:—

সহকারী সভাপতি শ্রীযুক্ত হৈরাবক্ত সিংহ মেম্বর।
স্বাগতকারি সভাপতি " ভোমণি শর্ম্মা মণ্ডলে।
" সেক্রেটারি " লালবলা শর্ম্মা মণ্ডলে।
জেনেরেল " ললিত মাধব চট্টোপাধ্যায়।

তাং ১৭।২।৩৭ ইং সুমিদাং পুং ৮ তাবদা বামোন খুলাও শ্রীযুক্ত গোকুলবালা শর্ম্মাগী মাওবত্ত মহাসভাগী সদস্য অমসুং ডেলিগেট অ,ম। তিন্দুনা শ্রীযুক্ত বিশ্বরূপ শর্ম্মানা সভাপতি ওইদুনা বিষয় নির্ব্বাচনী সভা লেপ্পই। অসিগী মতুংদা মহাসভা ব্রহ্মদেশ শাখাগী সেক্রেটারি শ্রীযুক্ত লালবালা শর্ম্মানা শ্রীযুং

মণিপুরেশ্বর মহারাজ K. C. S. I. C. B. E অমসুং মণাই ইবুংঙো। শ্রীযুক্ত অঙোমনিংথৌ ২ মকনা মহাসভাদ, তৌরকপা টেলিগ্রাফ পারগা মহাসভাগী সভাপতি অম হাপনবা হৌদোকই শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বরনা, মহাসভাগী নিয়মাবলিগী মরমদা চুম্বস্থ মহাসভাগী ১ম অধিবেশন ১০ শুব। রিজোলিউসন্দা ঈযুং মণিপুরেশ্বর মহারাজনা মণিপুরী অপুনবগী জাতীয় রাজ ওইবিবা হায়রদি সমাজ ধর্ম্মগী মরমদা মকোক ওইরব হায়না পে নত্রিবা অসিগা সভাপতিগী আসনদি শ্রীযুংকি র জ সম্মান ওইনা থাকলগা সহকারি সভাপতি অমা হাপলগা সভাগী থবক মতোন লোমনা তৌবনা ফগগ্র হায়রদা সভা পুম্নমকনা চপমান্নরা ম্রাবিন্নরা সহকারি সভাপতি অমা হাপ্না লেপনখি।

স্বাগতকারি সভাপতি শ্রীযুক্ত চুড়ামণি শর্ম্মানা কুমসিগী চহিগী সহকারী সভাপতিদি শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বরন ওইবনা পাম্নি হায়না হৌদোকই, নিংথেম পুখ্রিৎ থুনগী শ্রীযুক্ত চন্দ্রচোর শর্ম্মানা সমর্থন তৌই। সভানা য়াপ্না সহকারী সভাপতি হাপ্ন' লেপ্পখি। মুমিদাং পুং ১২ তাবদ' মুমিৎসিগী সভা লোই।



# ১ম দিন অধিবেশন

তাং ২৮।২।৩৭ ইং মুংখিল পুং ১ তাবদা মহাসভাগী ১ম দিন অধিবেশন কপ্পা হৌই। শ্রীযুক্ত চুড়ামণি শর্ম্মা স্বগত

কারী সভাপতিনা প্রস্তাব তৌরগা শ্রীযুক্ত নিত্যানন্দ শর্ম্মা অমসুং শ্রীযুক্ত চন্দ্রচোর শর্ম্মা অনিগা সমর্থন তৌহনা শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বরবু সহকারী সভাপতি ওপদি অমসুং সভাপতিগী আসনদা ফম্বিনবা হায় শ্রীযুক্ত মেম্বরন সভাপতিগী আসন অসি মহাসভাগী সভাপতি শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বরগী আসন ওইনা থমলগা শ্রীযুৎকী সনা খৌগল ওইনা ওইপংবা রোমদা তেংগ্না চেয়ার অমদা ফমদুন সভাগী থবক অপুম্বা তেংজগে হায়রে। অদুগা অমসুং মণিপুরী ভদ্রলোক অপুম্বনা শ্রীযুৎ সনা খোংলেং-লক্তবনিদা করিম্ব দোষ লেত্তে সভাপতিগী থবক তৌববদা থাইনা যুংজাইগনি হায়না হায়রম্মু শ্রীযুক্ত মেম্বরন সভাপতি শ্রীযুৎ মণিপুরেশ্বরগী রাজসম্মান থম্লগা লোহননা চেয়ার অদা শ্রীযুৎকী সনা খোগল ওইনা ফম্মি

শ্রীযুক্ত চূড়ামণি শর্ম্মা স্বাগতকারি সভাপতিনা লৈ হক-তুনা বেরি। অসিগী মতুংদ সভা অপুম্ব তোগংতুনা ইষ্টদেব প্রার্থনা তৌই। ১ শ্রীযুক্ত শুক্রাচার্য্য শর্ম্মা। ২। শ্রীযুক্ত মুক্তিরাম শর্ম্মা। ৩। শ্রীযুক্ত চূড়ামণি শর্ম্মা। ৪। শ্রীযুক্ত কুলমণি শর্ম্মা মখিনা সংস্কৃত শ্লোক খিদুনা সহকারী সভাপতিবু আশীর্ব্বাদ তৌই। অসি লোইরবদা শ্রীযুক্ত ব্রজবালা শর্ম্মাগী পার্টি ১। শ্রীযুক্ত সুরদাস শর্ম্মা। ২ শ্রীযুক্ত ভিম শর্ম্মা। ৩। শ্রীযুক্ত ব্রজনাথ শর্ম্মা। ৪। শ্রীযুক্ত মধুর শর্ম্মা। ৫। শ্রীযুক্ত কুলচন্দ্র শর্ম্মনা হারমণিয়ম, এসরাজ, তবলা, মান্জরানচিংবগী নিংখিবা সুরদা মহাসভা হৌবগী ঊশৈ "ফজবা যুংশিবা মালেমগী

লৈরাং, মাল্লিনা খন্দুনা লেংজবা পরেং ........ শক্ত অসিগী মতুংদা শ্রীযুক্ত চূড়ামণি শর্ম্মা স্বাগতকার সভাপতিনা নিংথিবা রাহৈন' সভাদা তিল্লব পুন্নমকপু ধন্যবাদক লোয়ননা অভিভাষণ পাই। অসিগী মতুংদা শ্রীযুক্ত ললিতমাধব চট্টপধ্যায়না গৌড়ধর্ম্ম প্রচারিণী সভাগী চহিগী রিপোর্ট পাই। অসিগী মতুংদা সহকারি সভাপতিনা নিংথিরব শাংলবা অভিভাষণ অমা পাই অভিভাষণ অসি পাবা মতমদা সভাদা তিল্লব মণিপুরী অমসুং অবা পুন্নমক মাতৃভূমি মণিপুর নিংশিংহনা মিংতগী পিনা পুজা কংলি। অসি লোয়রদা গাংকাশিংনা সভা লোয়বগী ঈশৈ "হায়রু ভাসি মুংশিবী ইমা কোলোই ককবী মৈতৈ লৈমা, বন্দে মণিপুর মাতরম ........" হায়বা ঈশৈ শক্নুনা ১ম দিন অধিবেশন মুংথিন পুং ৬ ভাবদা লোইখি।

---

মুমিদাং পুং ৮ ভাবদা শ্রীযুক্ত গোকুলবালা শর্ম্মাগী মাওবতা ২য় দিন অধিবেশনদা পুখোকনবা বিষয় পুন্নমক শ্রীযুক্ত চূড়ামণি শর্ম্মানা সভাপতি ওইদুনা বিষয় নির্ব্বাচনী সভা ফমখি।

---

# ২য় দিন অধিবেশন

১লা মার্চ্চ ১৯৩৭ ইং নিংথৌকাবা মুমিংকী মুমিং মুংবা মতুং পুং ১ ভাবদা মহাসভাগী ২য় অধিবেশন হৌই। মুমিং

অসিদা মহাসভাগী রিজোলিউসন • খন্নবা লোইবদা মুমিং-সিগী সভ লৈখি:

মুমিদাং পুং ৮ ডাবদা বসয় নির্বাচনী সভা লৌবদুনা ধর্ম-দিন অধিবেশনদা খন্নরবা বিষয় লৈখি।

— –

## ৩য় দিন অধিবেশন

২ মার্চ্চ ১৯৩৬ ইং নৈপাকপেকপা মুমিংকি মুংখিল পুং অমা ডাবদা মহাসভাগা অহোইবা মুমিংক সভাদা ডেলি-গেট অমসুং দর্শকনা ফিক করখি সভাগী অহানবদা সভা হৌবগী ঈশৈ শকলে। ২ দিনগী অরাংবা বিষয় পুমনমক খন্নদুনা রিজোলিউসন ৪ শুংবগা শ্রীযুক্ত ললিতমাধব চট্টপধ্যায় শ্রীযুক্ত বঙ্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ শ্রীযুক্ত ব্রজবল শর্ম্মা অহুমনা মথং মথং ইতিহাস ধর্ম্মশিক্ষা সাহিত্যবিষয়গী মরমদা বক্তৃতা তৌদুনা সভাবু লৈমখি। সহকারি সভাপতিনা মহা-সভাগী ঈশৈ শকপা গায়োকশং ১। শ্রীযুক্ত ব্রজবালা শর্ম্মদা সনাগী মেডল অমগা সার্টিফিকেট অমগা। ২ শ্রীযুক্ত বুলচন্দ্রশর্ম্মা ৩। শ্রীযুক্ত সুরদাস শর্ম্মা ৪। শ্রীযুক্ত মথুরা শর্ম্মা ৫। শ্রীযুক্ত ভীম শর্ম্মা ৬। শ্রীযুক্ত ব্রজনাথ শর্ম্মাদা সার্টি-ফিকেট অমমম পিখিবি।

আশীর্ব্বাদ তৌবগী অমরাপুরগী শ্রীযুক্ত শুক্রচার্য্য শর্ম্মা শেগাইগী শ্রীযুক্ত মুক্তিরাম শর্ম্মা শ্রীযুক্ত কুলচন্দ্র শর্ম্মা অহুমদা সার্টিফিকেট অমমম পিবিখি।

ভলন্টিয়ার পার্টিগী কেপ্তেন শ্রীযুক্ত পূর্ণ্যবান শর্ম্মাদা থবক ফবগীদমক সার্টিফিকেট অমা পিবিখি।

মহাসভাগী কোটে। লৌরবা মতুংদা চহি অম রানা থবক পূবিরমলবা কার্য্যকারি সমিতিবু ধন্যবাদ তৌরগা অনৌবা কার্য্য করি সমিতি শেমদুনা শ্রীযুক্ত ললিতমাধব চট্টপাধ্যায়বু জেনেরেল সেক্রেটারি হাপখি। স্বাগতকারি সেক্রেটারিনা সহকারি সভাপতি অমসুং সদস্য ডেলিগেট পুমনমকপু ধন্যবাদ তৌই। সহকারি সভাপতিনা স্বাগতকারি সভা কার্য্যকরি সমিতিগী মেম্বর পুমমকপু ধন্যবাদ তৌরগা বিদায়গী বক্তৃতা অমা তৌদুনা বিদায় তৌনরগা সভা লোইবগী ঈশৈ শকদুনা নুমিদাং পু' ৮৷৹ দা সভা লোইখি।

---

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

### ৩য় অধিবেশন্দা।

### লেপনখিবা রিজোলিউসন।

১। নিঃ হিঃ মঃ মহাসভাগী কার্য্যকরি সমিতিগী সদস্য ত্রিপুরা রাজ ষ্টেট ছাত্র সমমগী ৺কোহোকম গুপাপ সিংহ

অমসুং মহাসভাগী মভিকচাবা সদস্য খর লৈখিদবা অসিদা মহাসভানা শোক প্রকাশ তৌরি মখোইগী আত্মা শান্তিগীদমক কৈ্তান নৈংং ভগবানগী চরণদা প্রর্থনা তৌরি—মখোয় কায়নবগী য়ায়বা পরিবারগী অয়াবদা মহাসভানা শরুক য়ারি।

রেজোলিউসন অসি সহকারি সভাপতিনা হৌদোকই স্বর্গীয় গুলাপ সিংহগী পুকচেল করব চাত্তিগী উয়ত্তিদা অয়াবা খ দনা লাকনবা চহি খুদিংগী থিংবা লৈংনা মহাসভাগী কার্যাকরি সমিতি সদস্য ওইদুনা লাকনরকপা পুময়ক হাবি তৌরগা সভা অপুম্ব মিনিট ৩ লেপদুনা প্রার্থনা তৌখি। চেয়ারদগী হৌ দোরকদুনা সভা পুমনমকনা রিজোলিউসন অসি চপমায়ন য়ানখি

১। ব্রহ্মদেশ মন্দলে সহরদা মণিপুরী মচাশিংনা মণিপুরী ভাষা (কলিকাতা ইউনিভারসিটিনা য়াদুনা লৌরিবা) তমনবা M. E. School অমা লিংবা অসি লোকেল অখোরিটিদা মতেং পাংবিয়ু হায়জবা লেপনরে।

প্রঃ— শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মণিপুর।
সঃ— " ললিতমাধব সিংহ চট্টপাধ্যায় "

৩। হিন্দু মণিপুরীগী বৈষ্ণবধর্ম লেংদনা থদনবা অমসুং চাউখৎনবগী দমক মণিপুরগী প্রাইমারী অমসুং হাইস্কুল পাঠ্য পুস্তকরি মনুংদা নিত্যাচারনাচিংবা আচারগী লাইরিক, ধর্মপ্রবৃত্তি

মনুংদগীদ্র মথং মথং অমমম হাপ্লিন্ন হায়না মণিপুর ষ্টেট এডুকেশন অথোরিটিদা হায়জবা অহুগা মপানগী মণিপুরী খুদিং-মক লনাই তমদবা য়াদবা ওইনা ত্তয়বা লেপনরে।

প্র:— শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ মেম্বর মণিপুর।
স:— " লালবালা শর্ম্মা মন্দলে।

৪। ব্রহ্মদেশতা লৈবা হিন্দু মণিপুরী মহিলা এখোইগী সমাজদগী মপান য়ামনা থোকপ্রে, মাসি কয়বা বিবাহদা শেলগী মরম থম্মবা তৌদনা স্বজাতিগী সৎপাত্রতগ্ন ওইরবদি মাদুনা মাই পাকপনি খন্দুনা নিংগোন থাজবা হায়না লেপনরে।

প্র:— শ্রীযুক্ত বঙ্কবিহারি শর্ম্মা ব্যাকরণ তীর্থ মণিপুর
স:— " নিত্যানন্দ " মন্দলে।

৫। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী শাখা অমা ওইনা লৈরিবা গৌরধর্ম্ম প্রচারিণী সভাগী শাখা সমিতি অমা ব্রহ্ম-দেশতা থম্বা লেপনরে।

প্র:— শ্রীযুক্ত ললিত মাধব চট্টপাধ্যায়, মণিপুর।
স:— " লালবালা শর্ম্মা, মন্দলে।

৬। নি: হি: ম: মহাসভাগী ১ম অধিবেশন ৬শুবা রিজোলিউশন মতুং ইন্না ব্রহ্মদেশতা হিষ্টোরিকেল রিসার্চ সোসাইটি অমা লিংবা লেপনরে।

প্রঃ— শ্রীযুক্ত ললিত মাধব চট্টপাধ্যায়, মণিপুর
সঃ— " মোহনশ্যাম শর্ম্মা মঙ্গলে

৭। হিন্দু মণিপুরী সমাজদগী বিচ্যুত ওইপ্রবা ঐখোইগী মুংশিরবা ইচিন ইনাও, ইচন ইচাশিংনা মখোইগী অপংবা অরানবা অমসুং ঐখোইগী সনাতন গৌরধর্ম্মনা আখোইবনা হায়বা খংলকহুনা মপূকনিং তিংনা ধর্ম্ম অসিদা অমুক চংঙরক-পাশিংবু মখোইনা চংঙুরিবা ধর্ম্মশিং অদুবু মশক খনবা লৈতনা শাস্ত্রগী হৌনবী শুদ্ধি প্রায়শ্চিত্ত তৌবিরগা ঐখোইগী সমাজদা লৌশিনবা য়ানরে।

প্রঃ— শ্রীযুক্ত নোংইমাইখেম থানিল সিংহ মণিপুর
সঃ— " ললিতমাধব চট্টপাধ্যায়, " ।

৮। ব্রহ্মদেশতা হিন্দু মণিপুরীশিংগী "ব্রহ্মদেশ মণিপু পণ্ডিত জ্যোতিষোদয় সমাজ" কৌবা সমাজ অমা লিংবা সমাজ অসি নিঃ হিঃ মঃ মহাসভাগী শাখা ওইনা খন্বা অমসুং লোকেল অখোয়িচিগী জ্যোতিষ পণ্ডিত সমাজগী মপুং চলহনবিয়ু হায়না হায়জবা লেপনরে।

প্রঃ – শ্রীযুক্ত গোপাল সিংহ অমরাপুর।
সঃ— " ললিতমাধব চট্টপাধ্যায় মণিপুর।

৯। হিন্দু মণিপুরীশিংগী থুদোং চানবা মণিপুরীনা লৈরিবা ব্রহ্মদেশগী লম লমগী মিউনিসিপাল কমিশনার অমসুং ওনারেরি মাজিষ্ট্রেটকি ফমদা হিন্দু মণিপুরী পৌনাগী সিটসু পিবিয়ু হায়না ব্রহ্মা গভর্ণমেন্টদা হায়জবা লেপনরে।

প্রঃ— শ্রীযুক্ত লালবালা শর্ম্মা মন্দলে,

সঃ— " ললিত মাধব চট্টোপাধ্যায়, মণিপুর।

১০। মী শিরগা সংস্কার লোইদ্রি কাওবা হিন্দু মণিপুরীদি ধর্ম্ম মতুং ইন্না করিগুম্বা চাবা থকপা অমত্তা তৌবা য়াদে। ব্রহ্মদেশতা হিন্দু মণিপুরীনা শিরগা মতম চানা সংস্কার তৌনবা পাংবে ঙমদবসিনা ব্রহ্মদেশগী হিন্দু মণিপুরীশিংগী য়ামনা থুদোং চাদবা, ধর্ম্মদসু অকায়বা ওইবা য়াওই। অসিগুম্বা থুদোংচাদবা অকায়বা আসিদগী কোকনবা মতমচানা সংস্কার তৌবা য়ানবা শিনবিয়ু হায়না লোকেল অথোরিটিদা হায়জবা লেপনরে।

প্রঃ— শ্রীযুক্ত লালবালা শর্ম্মা মন্দলে।

সঃ— " চূড়ামণি শর্ম্মা "

১১। মাতৃকুল্য ওইবা যথ অমোমবু লৌ থোইনবদগী মচা অকবা পোকজবা অমসুং মতম চাদনা মখা পোক্কিনকপনচিংবা অমাম্বা দোষ কোকনবা যথ অমোমনা লৌ থোইবা তোকনবা লম লম অদুগী অথোরিটিদা হায়জবা লেপনরে।

প্র:— শ্রীযুক্ত কৈশাম অমু সিংহ, শিবসাগর।
স:— " চূড়ামণি শর্ম্মা মনুদলৈ।

১২। মন্নলেদ হিন্দু মণিপুরীগী লৈরিবা "গৌর সম্প্রদা" কৌবা সঙ্গীত বিষ্ণু চর্চ্চাগী সভা অসি নিঃ হিঃ মঃ মহাসভাগী শাখা অমা ওইবা মণিপুরগী সঙ্গীত সম্মিলনীদা সঙ্গীতকী মরমদা মতেং পাংবিন্নু হায়জব লেপনরে।

প্র:— শ্রীযুক্ত ব্রজবালা শর্ম্মা মনুদলে।
স:— " ললিতমাধব চট্টপাধ্যায় মণিপুর।

১৩। মহাসভা ২য় অধিবেশন ৮ শুবা রিজোলিউসন অমুক হন্না থন্নরে ব্রহ্মদেশ অমসুং মপানগী মণিপুরীশিংগী লম্লোল ইতিহ্ণী মঙ্গলা লৈনরিবা সবর অসি লেংহনবিগনু হায়না ব্রহ্মা অমসুং ভারতগবর্ণমেন্টদা হায়জবঃ লেপনরে।

প্র:— শ্রীযুক্ত ললিতমাধব চট্টপাধ্যায়, মণিপুর।
স: " লালবাব্জা শর্ম্মা মনদলে।

১৪। মহাসভা ১ম অধিবেশন ৩য় অধিবেশন কয়বা কাওবা মহাসভাগী কন্ড নিংখিনা থম্মা ভমক্লি। মহাসভাগী লেংনবা কন্ড অমা থমবা অমসুং মহোৎসাদগী মন্না ভেংপা

হোৎবা মহাসভাগী সদস্য ওৎলিবা মপুংদা লৈরিবা মীখরগী মনুং থৈজিনবা ... মহাসভাগী সদস্য পুন্সিংনা যথাশক্তি দান তৌনবা যাম ময়দা ... ভাবনা মরাৎলুবগী মতাংদা ... 

পিংনবা হায়রকি হায়না লেপনরে।

প্রঃ— শ্রীযুক্ত ঈরাবত সিং মেম্বর মণিপুর।
সঃ— " লালমোহন শর্ম্মা, মনদলে।

১৫। চহি অমা রানা থবক পুথিরকখুনা মহাসভাগী থবক লোয়শিনরকপগী কার্য্যাকরি সমিতিগী মেম্বর পুম্নমকপু মহা- সভানা ধন্যবাদ হৌই। মথাংদা ইরিবা ভদ্রলোকশিংবু চহি অনিমগী থবক পুনবা কর্য্যাকরি সমিতিগী মেম্বর হাপলে।

(১) শ্রীযুক্ত চূড়ামণি শর্ম্মা মনদলে বামোন খুলাও।
(২) " ব্রজবালা শর্ম্মা (আয়াঙ্গুবি) মনদলে বামোন খুলাও।
(৩) শ্রীযুক্ত যদুচন্দ্র মনদলে বামোন খুলাও।
(৪) " গোকুলবালা " " "
(৫) " চূড়াচন্দ্র শর্ম্মা " " "
(৬) " গোকুল শর্ম্মা " " "
(৭) " ব্রজবালা শর্ম্মা (অপম্বা) " "
(৮) " চন্দ্রদেব শর্ম্মা মনদলে বামোন খুলাও।
(৯) " কুলমণি শর্ম্মা পেগাই

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১০ | শ্রীযুক্ত মুনিরাম শর্ম্মা | সেগাই | |
| ১১ | " গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা | " | |
| ১২ | " শুক্রচাঁদ শর্ম্মা | অমরাপুর, ভাউমোক। | |
| ১৩ | " গোপাল সিংহ | " " | |
| ১৪ | " বেহারী শর্ম্মা | মফলে পুরিং খুন | |
| ৫ | " নবচন্দ্র শর্ম্মা | " " " | |
| ৬ | " লাবণ্যচাঁদ শর্ম্মা | " " " | |
| ১৭ | " মোহনশ্যাম শর্ম্মা | " " " | |
| ১৮ | " পুরাবান শর্ম্মা | " " " | |
| ১৯ | " মণি শর্ম্মা | " " " | |
| ২০ | " সুরদাস শর্ম্মা | " " " | |
| ২১ | " কুলমণি শর্ম্মা | " " " | |
| ২২ | " বঙ্কবিহারি শর্ম্মা | ব্যাকরণ তীর্থ মণিপুর | |
| ২৩ | " ললিতমাধব চট্টোপাধ্যায় | " | |
| ২৪ | " কালীরাম শর্ম্মা | " | |
| ২৫ | " লালবালা শর্ম্মা | মনদলে বামন খুল। | |

কার্য্যকরি সমিতি মেম্বর ৮ন কায়ম ওইখনি।

কার্য্যকরি সমিতিগী থবক্তা খুদোংচাব অমদং কাংবা মতুং ইন। কার্য্যকরি সমিতিগী থবক্তা খুদোংচাব অমদং কাংবা মতুং ইন। কার্য্যকরি সমিতিগী মেম্বরশিংন অনৌবা লৌশিনবগী শক্তি লৈগনি।

পণ্ডিত ললিতমাধব চট্টোপাধ্যায়বু চহি অনিগী জেনেরেল সেক্রেটারী হাপলে

সহী শ্রীইরাবত সিংহ মেম্বর

২।৬।৩৭ ইং

সহকারি সভাপতি নিঃ হিঃ মঃ মহাসভা।

## স্বাগতকারী সভাপতি শ্রীযুক্ত চূড়ামণি শর্ম্মাগী

## অভিভাষণ

পুরুচেন চাওরবা সহকারি সভাপতি মহাশয় অমসুং ঐগী মুংশিজরবা ভদ্র মহোদয় পুমনমক।

ঙসি হাইবা নুমিৎ অসি মণিপুর কৌবী ঈমা মৈতৈ লৈমগী মচা ইচিন ইনাও ঐখোইগী লাইবক্তা থমান শাৎপা চাওখৎপগী লম্বীদা খোং থাংলকপা, নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ৫ম অধিবেশন নুমিৎনি। অসুম্বা মহাসভাবু ব্রহ্মদেশদা লৈরিবা মণিপুরী ঐখোইগী স্বাগতকারী সভাগী পক্ষদগী মশিং নাইদনা হরাওবগা লোইননা ধন্যবাদ তৌজরি। লাপ্লবা ব্রহ্মদেশ অসিগী মমুংদা হিন্দু মণিপুরী (পোনা) হাইদুনা লৈজরিবা খুজোক অমা অসিনা সভাবু মতিক চানা অভ্যর্থনা অমসুং সেবা তৌবা ঙমজবা নৎচদে সভাগী নিজগুণনা ক্রুটি মার্জ্জনা তৌবিগনি। অমুক করি হায়গনি ঐখোইনা মুংঙাইজবদি, চহি কয়াদগী ইপা ইপুগী জন্মভূম ওইবা মণিপুর কৌবী ইমাগা কাইনরকপদগী সমাজগী চাওখৎপগী মচান কংব্রবা মপি লৈরবা শরাওঙুম লৈরবা মতম কুইনা কাইনরবা ইচিন ইনাও পুন্নমকপ অদুগা জাতিগী সমাজগী চাওখৎলবা নিয়ম পুন্নমক অদু মতম কুইনা পামজরকপা হুংশিবগী থৌরাংনা নোংপৌথিঙম হাইরবা অদু মহাসভাগী জাতীয় পতাকাগী ইচেম্বা চহ্নরকখুনা ব্রহ্মদেশ মৈরক্লে

হৌজিক্তি অয়াংপা সময়গী লম্বি পুম্নমক ইচিন ইনাও ঐখোই পুম্নমক তিম্মহুনা ঐখোইবু করম তৌরগা ইমাননবগী মীয়ক তিনবা ভুমগদগে হায়রা মরম পুমনমক অহ্ খমহ্না চাওখৎপগী মহৌন খয়নং ফংতহৌরগনি হাইবা খঙ্গুবদা সভাবু ঐগী ইচিন অসিনা খোঙ্গাং শুত্রবা য়াখৈনা কয়ি হাইগনি হাইবা ইচিনগী খোক্লে সভাবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি। ওঁ শান্তি

---

# নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা

## ৩য় অধিবেশন।

## মন্দকলে।

সহকারি সভাপতি শ্রীযুক্ত ইরাবত সিংহ যেখরগী অভিভষণ।

---

সভাদা তিনবিরিবা ব্রাহ্মণ, লাইগুরু অহল্লমন, ইচিন ইনাও অমস্থং ভত্রমহিলা পুমনমক চহি অমগী মতুংদা জাতীয় মহাসভাগী অধিবেশন অসিদা থাই অমুক তিয়রে। জাতীয় মহাসভা অসি হৌবদা থাংতকারি সভাপতি চহি অমি মখং-শিংনা জেনেরেল সেক্রেটারি ওইদুনা মহাসভাগী সেবা কখয়রকই।

ওসি মণিপুরী অমসুং মণিপুরী মপাল্দা খুন্দপ্রবা মণিপুরী জাতিগী প্রতিনিধি সদস্য পুদুনক ব্রহ্মদেশগী কোসু মন্দলে সহর (রত্নপুর), অসিদগী লাপ্পনা মণিপুরগী থাইনগী বিজয় পাতাকাগুম নিংশিংনফম কাংনুদে কায়ানা ক্তেৌবা চিংয়ম অমগুম চিকন লেমনা আংংদা লদ্বী চৎপগী লমজিংলিবা. থেকনা থোইনা অকেবী থ্বাগী নাবংগুম লাইজা ইপোম মনিং হৌনা ইরাবতীন মনাক্তা চেংলিব. থাইনগী অরাগী থুংশা কৈবা অমসুং গৌরব মুমিং তান্দবগী নিংশিংনফম কোসুং. মাক্নগী অকোইবদা লাইজ থনবা থাওপাং থেকনবনা ভুজুংনফম চেকপন অমসুং জাথোং নিংথিবা নিশিং নিশিং কল্লকপনা স্বজাতিগী পুকনিংদা ইপোম তত্তনা হৌফম ওইব ময়াম অসিদা স্বদেশ অমসুং স্বজাতিগী পুজাগীদমক পুন্নে, স্বজাতিগী গুণ লৈরবা চাউরবা সভা অসিদা ঐবু সহকারি সভাপতি ওইজো হায়না তাকশিবা অসিদা ঐগী থগোইদা অরা মুংতাই য়ায়বা রথল অমা মরাং হৌই ঐনা সভা অসিগী সহকারি সভাপতি ওইবদা মতিক চাদে হায়বসি ইশাময়না থংলৈ অন্মা মতিক চাত্রবস্ত ঐবু মতিক চাদবাসিদা মতিক চাবা হায়বহ ওইরো হায়না পিবিরিব। শক্তি অসি কংবা য়াবা ঐগী করিওম্বা থোই-দোকপা গুণ অমা লৈত্তনা নত্তে মাতৃভূমি মণিপুর সনা লৈপাক্তী থোইদোকপা গুণ অমসুং শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী কৃপানরি। মাতৃভূমিগী গুণ চাওথংহনবিরিবা, স্বজাতিগী প্রেমনা থগোইদা ইথক হৌরবা স্বজাতি ইচিন ইনাও পুম্নমকপু ঐনা ধন্যবাদ তৌরে।

ঐখোয়গী ক্ষত্রিয় মহাসভা অসি অহানবা চহিদগী হৌনা মহা মহিমান্বিত শ্রীল শ্রীশ্রী ১০৮ যুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ কে. সি. এস, আই. সি, বি. ই, ভক্ত রাজর্ষি শ্রীকৃষ্ণ সেবা বিনোদ নৃপচূড়ামণিনা সভাপতিগী আসন্দা লেংশিনবিদুনা জাতিবু উন্নতিগী লম্বীদা লমজিংবি। কছার শ্রীযুৎনা মনাখোং লেংলক্লবা অসিদা রজ্জ-বাসী মণিপুরী বৃন্দগী নিংবা থুংদবা নিংঙ্ময়দবা লৈরবন্থ অসিগী মরমদা ঐনা থরম্ভং নিংশিংজনিংই, থ্বাইনা শ্রীযুৎকী মনা চরণ দর্শন ফংনিংবগুম শ্রীযুৎ ইবুংঙোনন্দ থ্বাইগা উনদুনা সুংগাইবা রাখল অসি মনা বুদ্ধিগা মতম কুইনা লৈরকই। যুগ অসিগী শিগ্নবা মতম অসিদা চক্র যুংনা দিল্লিদা রাজেন্দ্র মণ্ডলগী দরবারমনা খোংলেংলিবা অসি খোইদোক্লা মমল রামপুর দেশীয় রাজ্যগী প্রজা থিবিক্লী অমত্তং জাতিগী মনুংদা তিল্লিবা প্রজা শিবিক্লী অরা-ংবাই অক-কন্না পুরমক্লী ভাগ্য বিধাতাগুম খোক্লদোংবা অমনি। রাজেন্দ্র মণ্ডলগী নিংথিবা অকবা থবক মঙ্গল ওইব নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌসি ঐখোইনা ইনিংথোবু নিংলিবা অমত্তং কাউত্রবা অসিগুনা নোংমা নত্রগা নোংমদি থংহনা নিংলবা আশা অমুক্তংদি থুংগনি হায়না নিংই।

হনদক্তি ঐগী লাইবক অসি ওস্থোকপা লাইবক মক্তা হায়বত্র তাগ্রে লৈলাদা পার্ট অমি লৌবগুবা অমা খোকলে। অসিনা অহানবদা ঐন চহি অমা জেনেরেল সেক্রেটারি ওইদুনা থবক পুজরকপগী রিপোর্ট থ্বাইদা থংহনিংই। চহি অসিদা মহ সভাগী

কার্য্যকরি সমিতি তরুকলক কমখি। অদুদা থোইদোকপা অরুবা খুদোং চাদবা য়াওরবস্থ মহাসভাগী ওকয়াদা তাং ১৯।১১'৩৬ ইংদা জুঃ মেঃ গী ওর্ডার অমনা ঐবু সভা তিনবা য়াওবা য়াদে হায়বদগী মুমিং অসিমক্তী সভা য়েথোকখি, তাং ১০।১।৩৭ ইংদা মাননীয় সহকারি সভাপতিনা কার্য্যকরি মিটিং কৌবদা মেম্বর শুনা লাক্তহুনা থবক পাংবা ওমখিদে। তাং ১২।১।৩৭ ইংদা জুঃ মেঃ না য়াবিরকলবদা কার্য্যকরি সমিতি য়ামনা থুনা কমহনা মহাসভাগী থবক কাঙ্গদনবা হোৎনখি। অসিগী মরমস্থ ফেব্রুয়ারি থাগী ললিত মঞ্জুরী পত্রিকাদা কোংজিব্রবা থাইদা থংজখিবা অহুনি।

মহাসভাগী উদ্দেশ্যদা কৃষি উন্নতিগী মরমদা পাংথোক্কবা মণিপুরদা কৃষি সম্মিলনী অমা থমম্রে। সম্মিলনী অসিগী কেন্দ্র নম্বলদা ওইরি সম্মিলনীগী চহি অসিগী সভাপতি শ্রীযুক্ত শলা পঞ্চায় মেম্বরনা ওইরি শ্রীযুক্ত মাইমোম মধুমঙ্গল সিংহনা সেক্রেটারি ওইদুনা থবক অপুম্বা শিন্দুনা হোৎনরি। ঐথোইনা সম্মিলনীগী থবক্তা নোংমা নোংমগী চাওখৎপা মহৈ মরোংনা থনবী মণিপুর সনা লৈবাক্তা নিংখিবা মহৈ উবা ফংবা, লাইরবা মণিপুরগী অবাবা কোকপা, মাইকৈ অসোমদা শিক্ষিত খিবিকনা চংবিহুনা উন্নতিগী লম্বী অয়াম্বদা লমজিংবিহনা জাতিগী মঙ্গল ওইবা লাই থুরুপি।

মহাসভাগী ১ম অধিবেশন ৮ শুবা রিজোলিউসনগী মরমদা ২য় অধিবেশনগী রিপোর্টতা "Free hand skil." "মহাস্তজাল"

কৌবা থুংলাই মাওদবা থাং ভা চৈ পায়তুনা য়েকনবনা লাক-শিল্লকপদগী আত্মারক্ষা তৌবা ঙম্বা থুপতুনা লৈরম্বা বিভাবু লাইব্রিক ওইনা ইখোকতুনা ছাপা নমনবা হোংনরি, হায়রুখিবদু ছাপাদি লোটক্রি অহুম ওইহনস্ত মণিপুরদা "ব্যায়াম চর্চ্চা সমিতি" কে'বা সমিতি অমা লিংখৎতুনা মাহুদা বিস্তা অসি তম্বা হৌরে। রাজবংশদা পোকপা. বিস্ত' অ'সমক থিহুনা পুখে'রকপা সাং হৈরাংখোইখোং কৈবুংদ' লৈবা শ্রীযুক্ত সনাতোম্বা সিংহ রাজকুমারনা অচ্চাংশিংবু ভশিরি। সমিতি অসিদা শ্রীযুক্ত মনিকচান্দ সিংহ টাউও কণ্ড ভন্ডারসিংহরনা সেক্রেটারি, শ্রীযুক্ত সনাহল সিংহ রাজকুমারনা এসিষ্টান্ট সেক্রেটারি ওইরি। অম্বুবা লম লম খুদিংদ' মণিপুরী বস্তি লৈরি লৈরিবনা ক্লব লিংহুনা বিস্তা অসি ভম্বদা মতিক চাবনি হায়বদ' হায়মনবা খোকলোই।

১ম অধিবেশন ২০ শুবা রিজোলিউসনগী মরমদা মহা-সভানা মণিপুর ষ্টেট অখো'রটিদা হায়রুখিবদু অখোরিটিনা অচুম্বনি খনবিহুনা মণিপুরদা "Assam Juvenile Smoking Act" চৎশিরে অসিগীদমক ষ্টেট অখোরিটিবু মহাসভানা ধন্যবাদ তৌই।

২য় অধিবেশন ৬ শুব রিজোলিউসনগী মরমদা A.B.R.গী Trafic Manager দা ইখিবদা নিংবা থুংবা পাওথুম ফংই। A. B. R গী থবক্তা মণিপুরী চংবা য়াগনি হায়না তাকশিরকই।

গৌরধর্ম্ম প্রচারিণী সভাগী চহিগী রিপোর্ট' পন্ডিত ললিত মাধব চট্টোপাধ্যায়না পাম্রিবা অসিদা থংবিরম্বিগনি হায়না আশা তৌই।

পুম্নমক অসিদা, মহাসভান নিংবা পুম্নমক পুমথুং থুংম্নবদু থবক্তি য়াম্না পাংথোক্লকনি, হায়বা য়াম্না। মী থুদিংনা নিংবা অপুম্বা লোইনা থুংবা লাংবসম্ভ অসাংবান। হৌজিক মহাসভা অসিবু জাতিগী অমম্বা ভাইবা রাজনৈতিক যাওদব সামাজিক ধর্ম্ম উন্নতিনা থুংলাই ওইবা সভান হায়বদ কনানা য়ানিং-লোইগদগে। থাজেলোংবা লাইরবদ কনা কনানুম্বা হিন্দু মণিপুরীগী বাখল্লা করিগুম্বা থবা লৈরমখিগদ্রা হায়নমমন চিংনরি করিনা ওসি ফাওবা মীশিং য়াম্নখিদ্রবা জাতিগী সভা অসিদা সদস্য ওইবিরুনা মহাসভাগী টম্নতে তেনিংদবা উরি অসি ওইহুনম্ম মহাসভানা অমুত্ত থকপদা কনাবু লংশেকলোই পিকপ্রবা জাতি অসিগী মীশিং থম্নমং লৈবসিদি পুকচেন লিংজেল তিম্ননা পুকনিং অমম্মা ওইনা থবক তৌবনা চুম্নি অহুবু ওসি ফাওব মাহ থক থোক্তবা উবদ কল্লক থম্নন চাওব, মীহৌ চাওব, মিকাবনা থম্নবা বাখল্লা করম্বা মতমদা শান্তি চংলক্কদগে। মণিপুরী পুম্নমক্তা প্রার্থনা তৌজরি পুকচেল তিংনা মহাসভাদা চংবিরুনা জাতিগী সেবাদা য়াওবিয়ু। ভগবানগী কৃপানা খ্বাই পুম্নমকপু ঙাকপিহুনা মরিগুবা চহিগী অধিবেশনদা খ্বাই মযাম অমুক তিম্নহনা জাতিগী মঙ্গল পুম্নমক বারি তৌনবা মহাসভাগী উন্নতিগী লম্বি উবা ফংবগা লোয়ননা মাহুগী কলম্ভ উবা ফংবা ভগবানগী চরণদা নিজরি।

মথংদা ঐনা মহাসভাগী সংকারি সভাপতি ওইনা করম্বা বাইদনা খ্বাইবু অভিভাষণ তৌহনা পেলহনবা ওমগদগে মাহুগী

শক্তিশু লৈতদে অসিক্তসু লাইবক কবসি ঐগোম্না থোক্লগদ্রা হায়বা আশা তৌজদবা ইথং থংহৌদনা থোকহিবা অসিদা ঐঙোনদা থোইদোকনা অরাব অমা ওইনা থোকহ্রে, ইশানা খর হৈজদবগা অসিগী মথক্তা মতম থক্তিক্তং হায়বদি অহিং অমতংগী মঙ্গংদা থরাইবু অভভাষণ হৌরবা অহিং তুমদনা হোংনজরবদা মতিকচাবা থোকপা ঙমগনি হায়বসু নিংজদে। ঐগী মখল য়াওদবা বাখরা অসিনা থাইগী থাংহৈবদা অরাবা ওইরবসু চানবিয়ু হায়জরি।

মহাসভাগী থবক হৌদ্রিঙৈ অহানবদা— থা খরগী মঙ্গংদা সংসার থাদোকতুনা নোংগাপ্রবা মহাসভাগী সংস্থ খরগী মরমদা নিংশিংনব ঙমগ্রে জাতিয় মহাসভা হৌবদগী হাকুম শিলচরদা ২য় অধিবেশন কপা কাউবা চিথবা লৈতনা য়াওরকলব কার্য্য-কারি সমিতিগী সদস্য ত্রিপুরা রাজষ্টেট, ছাত্মসমদা লৈবা ৺কোইজম গুলাপসিংহ—ভদ্রলোক অসি ঐখোইগী স্মুংশিররবা, রাজা বদা বুদ্ধি চাওথোকপা পাম্মুরবা মরূপনি। মহাকি জাতি প্রেমবু ঐখোইনা থাগত্তব হংমোই। ঙসি জাতীয় মহাসভা কমলিবা জাতিগী তুংদা লাকদোরিবা ওইরগদোরিবা মঙ্গল পুম-নমক উৎসবা স্বর্গদা লৈপ্লবা মহাকী আত্মানা পেনসনু। মহাকী অমসুং অতৈ লৈখিদ্রবা সদস্যশিংগী আত্মানা স্বর্গদা শান্তি ওইনা লৈবা ঈশ্বরনা পিবিসনু।

ঙসি যুগ অনি লোয়রবা লুররা মতম অসিদা ব্রহ্মদেশতা মণিপুরী জাতিয় মহাসভা কমলিবা অসি ভগবানগী ইচ্ছানা

নহনা অতৈ অমনা নত্তে। অপংব ওক্নবা মচাবু মপা মমানা ফুংশিবগুম ঐখোইগী মীশিং য়ামত্রবা পংলবা জাতি অসিসু ভগবাননা থক চানবিদবা নত্তে। অচুক দুইবা ভারতকা ব্রহ্মদেশগা পুন্নমই। যুগকি অনৌবা খোংলৈদা ভারতন যুক্ত- রাষ্ট্র (Federation) কংলবা মাহুদা মণিপুর ষ্টেটসু য়াওরবনি ব্রহ্মদেশ অসি ভারতগী থাদোকপ্রগনি। মতম অহুদা ব্রহ্মদেশ অসি বৃটিশ গবর্ণমেন্টনা শাসন তৌবা লৈপাক অমা ফনা ওইডুনশু মণিপুরীশিংগী অবস্থাদদ থর মহোংকগনি হাইব য়াও। ভারতকি মীনা ব্রহ্মদেশতা চংবা খোংপা থাইগশেনা থিংত্রবসু কয়িপুমা থরদি হেঙ্গংলগনি। মতম অহুদদি মণিপুর অমসুং অতৈ ভারতকি মণিপুরীগা ব্রহ্মদেশগী মণিপুরীশিংগা মরোশানা ঈ পাউ ফাওনবা য়াবা, ফাওনদবগুম লৈরম্বা অমসুং তিন্নরম দবগী মথক্তা অমুক হেন্ন তিন্নরদবা য়াই। হৌজিক মণিপুরকী মণিপুরী কয়া ব্রহ্মদেশতা লম্লোল ইতিক, থবক ইঙথাং শুহুনা লৈরিবা অসি অমুক খুদোং চারদবা য়াই। মতম অহুদদি মখোইশিং অসি ব্রহ্মদেশদা হং তানা লৈবাযা নত্রগা ভরগা হায়বদি মণিপুরদা হল্লকপা তাই। ব্রহ্মদেশতা লৈবা মণিপুরী- শিংবু আইন মখুং ইয়া Naticnality দা Indian নি হায়রদি হায়ররোইর Burman নত্রগা Burmese হায়খিবা তাই অসিদগী ব্রহ্মদেশগী শাসকশিংনা চানবিগে হায়না চানবিরবদা Domiciled Indian মথৈনি হায়বিরগরদা। অসি ওইররবদা নকনা থংলাপ লাপনবা অমা খোকহুনা ব্রহ্মদেশগী

মণিপুরীশিংগী মশিং কাম্নদগী হন্থরকনি। অতুম ওইরবস্থ এখোইনা থোইনা রাক্তফম অমস্তং খল্লুকম লৈতে। লৈপাক পুমনমক্তস্থ অত্তমছায় জাত খুদিংমক মাগী মাগী জাতিগী কাংবু কাংবু নাইনা সমাজ মচা মচা শেমগুনা লৈবা ছাওনে। ব্রহ্ম প্রবাসী মণিপুরীশিং ব্রহ্মদেশ অসিদা পিক্তকপ মণিপুর অমা শেমহুনা লৈবদা থোয়না অকাইবা লৈরোই

ব্রহ্ম-বাসী মণিপুরীশিংনা ব্রহ্মদেশতা পিক্তকপ মণিপুর অমা শেমহুনা লৈরবদা অরা ভদ্রলোকশিংগা প্লকচেল থোইজেল তিন্নরা থবক তৌনিংগনি। অসিদ অকংবদি এখোয়গী জাতীয়ত্ব ছাকনবা লোংনবা তাই মরমদি—ব্রহ্মদেশগী মণিপুরীশিংগী মাইকৈ মাংদা হায়রবদি ধর্ম, সমাজগী চৎনবি অমস্তং লোনন-চিংবদা ইংতোপ তোপ্প জাতিনা কোয়গুনা লৈরি অবস্থা অসিদা মীশিং য়াম্নবা, খরতনা ভইবা জাতি অমনা পুম্নমক ছাকহুনা লৈবা হায়বস য়ামনা লুপ্তবা অমস্তং অরাবনি, অতৈ জাতিনা বাংলগী বৈষ্ণবধর্ম চৎপা মণিপুরীনদি থোইদোকনমক অরাবনি। ছনি মুমিৎ খরগী মমাংদা শ্রীমান লালবাল শর্মাগা চিঠি অমদগী ঐনা খংলবদা মমাংতৈদা ব্রহ্মদেশ অসিদা গৌরধর্ম চৎপা মণিপুরী লাখ অহুমলোম লৈরম্মি হেক্তিক্তি গৌরধর্ম ছাকহুনা লৈরিবা মী লিশিং অহুম মরিরোমতা মছাহৈদে যৌক্তিক লৈরিবা অসিম্নু মাংলকলোই হায়রব, ভমদে। এখোইগী সমাজ অমস্তং গৌরধর্ম ছাকপগী মরমদ ব্রহ্মদেশ অসিদনা থাইদগী খেন্না

থুই হায়নিংই। ঙসি কাওবা হিন্দু মণিপুরীনা গৌরধর্ম্ম ঙাক-তুনা লৈরিবসি ঐনা মন্দলে কোপ্পুংদা পানখিবা অং। নিংথৌশিংবু থাগত্তবা অমসুং তৌবিমল খংবা উত্তবা ঙমদে। অদুগা ধর্ম্ম পরায়ণ ওইবা হিন্দু মণিপুরী খিবক্কী ধর্ম্ম চেকশিনবা অমসুং জাতিপ্রেমবু কয়ি বাহৈনা থাগৎকদব হায়বা খিবদা বাহৈনা মত্তায়গনি।

ব্রহ্মদেশত্তা লৈরিবা মণিপুরী অয়াংগা মতম কুইনা মণিপুর থাদোয়কলবা, ব্রহ্মদেশদা পোকতুনা চাউবা ওইবা, অয়ুক নুমিদাং যুমদগী খোংকাপ অমত্তা থাংদোকশিবদা অরাবাতগা তোংনবা য়া ঙাংনবা, অরায়োন হাঙ্গবসিনা লৈপাক অসিগী চংনবা লোন ওইবনা অসিনা নমনা শিজিন্নখিবদগী মণিপুরী ভাষা ( মৈতৈ লোন ) হায়বসি মাতৃভাষানি হায়বা খংলবমকত্তু কাউশিল্লকলে অয়াম্বনা খংস্রে হায়বা কাওব য়ারে। অরায়োম কয়ামুক নিংখিনা চুশিন্না হৈল্লবগে হায়ববু অরাশিংগা ঙাংনবদগী খেন-থোকখ্রদনা মণিপুরী মশেন লোয়বদত্তু অরালোননা থোইনা হৈননা থোকলে। অসিদগী কনা কনাগুম্বনা মৈতৈলোন ঙাংবদা ইকাইবা কাওবা যাওয়কলে, অসিদগী হেক্না থনবদা বাবা অমা কয়ি লৈরমখিগদগে। জাতিগী লোন হায়বসিনা জাতিবু কাজিননবা অকনবা থৌয়িনি অমসুং চাওখৎনবগী লুয়বা থাক্কি। ঐখোয়গী জাতিগী লোন ঐখোয়না পোকপদগী ইমাগী তম্পাক্তা তমলকলবা "ইমা" হায়বদগী হৌদুনা লোয়াকলবা মুংশিল্লবা লোন অসিবু নিংখিনা কয়বা ঙমল্লবদি ঐখোয়গী জাতি অসি

মাপ্পুংগনি হায়বদা চিংনব, লৈরোহ অ মপুঙ্গ অবস্থদা ঐখোয়না মাতৃভাষাবু কননবগী মরমদা মহাসভা ৫ম অধিবেশন রিজো লিউসন নং ৭ ২য় অধিবেশনগী ২ অমা রিজো লিউশনদা লেপনখ্রিবা অসি ব্রহ্মদেশতা থবক পাংথোকপা উত্রি অসিনা থবক্তা পুখোকখ্রিবা মতম অদুগী মখে মণিপুরী ভাষা চাওংং নবগী মতমদা ব্রহ্মদেশতা কন্না ওইরগনি। স্কুল হায়বসিদা নকা ওইরিবিদগী হৌনা মাতৃভাষা নিংথিনা তম্বনা মুনহনবদি হৌজিককসু মাতৃভাষাবু কাউবা মাবা অবস্থা থোকলবসি থোকপা ঙমখোই। অসি হায় হাংদনা অরাবোন অমসুং অমা লাইব্রিক হায়বসিসু অমা লৈপাকশিংদদ থা থাদোকপা মাদে। ব্রহ্মদেশ অসিদনি চৎনরিব, লাইব্রিক লৈরে অপুম্বা অমা লাইব্রিকনি। প্রাইমারী নংগা মাইনার স্কুল অমা লিংলগ স্কুল অসিদা লোল অনি অসিমক তম্বদা পোইনা অকায়বা লৈগনি নিংদে। অসি নত্রগা ইংরাজী স্কুলশিং অসিদা মণিপুরী ছাত্রশিংগীদমক মণিপুরী ভাষা অসি থাম্বয় হায়ওরবসু মণিপুরী ছাত্রগী মশীং য়ামদবনা থুদোং চাদবা থোকই অদুনা কাননবা Vernacu'ar স্কুলদা অঙাংশিংনা লিংথনা তমগনা মাশং য়ামলবদি নিংলিবা অপুম্বা থুংগনি হায়না আশা তৌই।

ব্রহ্মদেশদা মণিপুরী শংগী লাইবক থীবা থং থোকই অসিদ স্কুল লিংলবসু নংগা হাইস্কুলদা মাতৃভাষা অনি থম্বিয় হায়রবসু রেঙ্গুন ইউনিভারসিটিগী স্কুল ইনস্পেক্টর অমাবা মণিপুরী ভাষা লৈতে অদুনা থদোং চাদবা অমাবা থোকই অসিগী মরমদা

ঐখোইনা Rangoon University দা বা থর লাউকনিংই। বর্তমান মণিপুরগী ৫১০ অমসুং বিভল স্কুল লৈরিবা পুমনমক অসি কলিকাতা ইউনিভার্সিটিগী মখাদনি কলিকাতা ইউনিভার্সিটিগী মখাদা মণিপুরী ইনস্পেক্টর অমতা যাওদে বিভাজিনা ওইবা ইনস্পেক্টর অয়াম্বা মণিপুরী ভাষা লৈতে অহুম ওইহুন। Matriculation অমসুং I. A. নহিংবা ফাওব. মণিপুরী ভাষাদা পরিক্ষা অহুম পি। Examiner মণিপুরী মতিক চাবা থম্বিহনা University গী থবক অহুম চংনবা হোৎলৈ মণিপুরগী Lower অমসুং Upper Primary School থিবিথিজিনমক মণিপুর ষ্টেটকি Deputy Inspector না Manipur State Education Member গী মখাদা স্কুল পুমনমক হেংজনা চংনরি। ... মখাগী ক্লাশতগী মণিপুরী Inspector গী মখাদা Primary স্কুলশিং অসিনা নি থিন চংলকপনা মথক্কি ক্লাশতা কলেজ কাওবদা Vernacular গী থবক মণিপুরী গ্রেজুয়েটশিংনা Exminer ওইদুনা হে হেংলিবা অহুনা মতিক চানা খোঙ্গুবগী মাতৃভাষা কননবা অহুম হোৎনরি। অমুমনা ব্রহ্মদেশগী মণিপুরী বস্তিদা লৌনা স্কুল অমা অনি লিংখৎলবগী রেঙ্গুন ইউনিভার্সিটিনা অহোবগী ওইনা, মণিপুরী জাতিগী লৌনা হোৎনচরকপা জাতি অমগী ভাষা মাংদনবগী মরমদা মতৌং পাংথিগনি অমসুং চানথিগনি হায়না আশা তৌই।

স্কুলদা মাতৃভাষ তম্বা অসিনা ঐখোইগী মাতৃভাষা অসি কননবা চাওখৎনবগী অমা ওইরবগী মথক্তা মতৌং পাংবগী ওইনবা

ব্রহ্মপ্রবাসী মণিপুরী পুমনমক্তা বা অমত্তংগা কার্যনা তৌকখি যুম অমম্তুং লম্বী লমখাংদা মণিপুরী মশেল ছাংনবদা মণিপুরী ভাষানা ছাংনদবা য়াদব ওইনা, মসি অমম্তুং চাংলেরবদি মণিপুরী ভাষ উন্নতিগী মংমদা মতেং পাংবা অমা ওইগনি।

ব্রহ্মাংশদা লৈরিবা মণিপুরী অখোয়না অবা লৈপাক্তা লৈব অমম্তুং খরাতগ তোংলেবন, অরাগী কিজেংনা নম্না পেৎপা উই, অদুগা অঙাংশিংগী মিং থোনখদ; অরাগী মিং Ubau অসিনচিংবা থোনবা তাই। ঐন হায়জরিবসিদা অবা হায়বসি য়াম্না তোক্লি হায়বনি হায়না খনবিগনু, ঐখোইগী জাতিগী কিজেংনাচিংবদি ছাকপন, চান্দি হংদবতাঁন। অদুম্না অরাগী কিজেং শেৎপা অমম্তুং মিংথোনবাসিনা অকিংগী থবক ইংথাং তৌবা অমম্তুং কংনবগী মরমদা মতেং পাংবা কায়বা ওইরবদু খন্দুনা য়েংলবনি মী অহুগী মশা কয়নবা হোংনংগী মহুতা মশানা মশাদা মিনম্বা থোকই মাসিদ ই বাংলা শোনবা, জাতীয়তাগী পুকচেননটিংবা বাংহান্না অসিদগী অমুক হেনবদি "মীগী মতৌ ভয়থাক" হায়বদু ওইনা আপ্পা মর্যাদা ছাকপদ, অরাবা ওইহল্লি। বাখল অদিদগী উন্নত ওইবা জাতিশিংনা মখোইনা তেংবা মকম অমদা লৈকয়বসু স্বজাতিগী কিজেং অমম্তুং পোম থাদোকপা তেংদে, মাতৃভূমি লোংবদা ইকাইখুম্নি হায়না থখে।

ধর্মগী মরমদা মণিপুরী জাতিনা হায়মা তোম্বা হৌরকই থজুব চুমথে থাংনা চহি ৩০০ / ৫০০ গী মমাংদা অদুবা নি খোঁদা মণিপুরী ব্রাহ্মণ পোনায় ধর্ম ভাবনবা মণিপুরদগী" কৌখোখিং

ফুন থম্বনি অম্মুম্না অরা নিংথৌশিনা পোনাশিংবু য়াম্না ফু-া
তৌরমই রাজ পুরহিত কাওব ওইরম্মি অম্মনা লৈরম্মিবা
মণিপুরী ব্রাহ্মণ কয়া থম্ম মাংদুনা স্বজাতিদি ওইরগা বিজাতিগুম
তোপনা চাবা থকপা তিনন্নদনা লৈম্লিবা অসিগী থম্বুবদ রাদবা
ওমদে। জাতি খুদিংনা যাগী মাগী জাংকি ধর্ম্ম তাকনবা কননা
হোংনরি, হিন্দু মণিপুরী শিবিকম্ম ধর্ম্ম তাকনবা হোংনদবা নত্তে
অহমনা হোংনবমন্দা ব্রহ্মদেশতা গৌড়ধর্ম্মবু অম্মক য়াম্না
তোনবগুম ওইহনা লৈনমশিনবসি অরাবাদ। অসিদা কনাগুম্না
ধর্ম্মদা দোষ তৌবা য়াওই ধর্ম্মগী কদি দোষনে। দোষ পুম্নমক
ঐখোইগীনি ঐখোইনা খোংহনব, তাকনি।

হিন্দু ধর্ম্ম হায়বসি ধর্ম্ম খিবিক্তগী অখোইবানি হায়না অহে
অশিং কয়ানা হাংনৈ অমম্বুং ঐখোইনম্ম নিংই। ব্রহ্মদেশতা
লৈবা হিন্দু মণিপুরীনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম থাদোকখিবা অসিগী মরু
ওইবা, মমাংদা মরক মরক্তা লাম্নবা অসিগী মথক্তা অর বা
কয়া নংবদগী ধর্ম্ম তাকনবগী মরমদা ব্রাহ্মণশিংনা নিংখিনা
হোংনবা ওবা পাজল বাংখিবা, ধর্ম্মগী শিক্ষা মম্থিনা অসিনা
অয়াম্বগী ধর্ম্ম থাদোকপগী মরু ওইবা মরম ওইখি, অসিগী
মথক্তা মুম নাইবা অমম্বুং মুপী খিবদা খুদো খিবা অশোইবা
কয়াদগী হেনকদবা ওইহনা থাদোকখিবনম্ম কোনাম অমনি।
ভশেংবা অরবা গৌরধর্ম্মগী তত্ত্ব সাধনা মঙ্গুংহন্না খিদব, খিরবম্ম
অয়াম্বনা নিংখিনা থংবা ওমদবা, অথংবনম্ম নিংখিনা তাকতবা
অকবগী শক্তি তাকপিদনা অহ তৌরে অদা তৌরে হিরবা

ঘাদে মহায়বা অসিদগী অতোপ অতোপ্পা ধর্ম্মদা চংথিবনি হায়রনসু থনবা য়াই। গৌরধর্ম্মগী রুচি আচারনা ধর্ম ওইনা শিজিন্নদবসু য়াওদবা নত্তে অসিগী মসুংদা ধর্ম্মগী লুরবা শেংলবা পাপ পুন্নমক কোকনব সাধনা লৈরি হায়সিন্থ থনবদা মুংঙাইকয়নি। অসিগী মরমদা ধর্ম্ম গ্রন্থ ওইহুনা লৈরিবা শ্রীমদ্ভাগবত গীতা, শ্রীমদ্ভাগবত, শ্রীশ্রীচৈতন্য চরিতামৃতনচিংবা ধর্ম্ম গ্রন্থশিং অসিনা ঐখোয়গী চাংখোকনকয়নি। পুম্নমক অসিদা মকম মকম থুডিংদা ব্রাহ্মণগী শনাই তানবা থবক্তা পুকনিং থিংজিনবিহুনা অকবা মথেদি তাকা দোষগী শরক মথেক্তা থিবদগী গৌরধর্ম্মনা অসি য়ৌনা মণিপুরী সমাজদ ময়েং তারকলিবনি। অসিদ ব্রাহ্মণতদা কড়িগী দোষ পংপি পিসিগে— ক্ষত্রিয়, বৈশ্য, শূদ্রনাচিংবা গৌরধর্ম্ম চৎলিবা বৈষ্ণব সমাজ মাধবাচার্য্য সম্প্রদায়দা কৈরিবা বর্ণ অহুমগী মথক্ত চাদবা, বর্ণ মরিমক অসি ধর্ম্ম পথিকনি ধর্ম্ম অসিগী মসুংদা ঐখোয়গীসু অধিকার লৈ হায়বা থব্বা, ঐখোয়গী ধর্ম্মবু ব্রাহ্মণতগী মখুত্তা হেক্তা পুমশিন শিন্নহুনা লোইরে হায়না থনদোকপ, তোৎননিংদবা তনবদগীসু অয়াম্বনি হায়নিংই। ঐখোয়না ব্রাহ্মণগী কৌবুক ওইরুবা অয়ানবনি।

হিন্দু মণিপুরি বৈষ্ণব সমাজনা ঐনা প্রার্থনা তৌজরি— মতম কুইনা কুমলকলবা, মায়াগী কিজং অমা মাংদা থনজিনহুনা থন্নিবসি থুনা হাইদোকপিয়ু, বৈষ্ণব ধর্ম হায়বসি তুপ্পনা শাসকনি স্বার্থশিংগী মত থিংজিনকম লৈবা হৌনদে, ঐখোয় পুন্নমক মায়াদা শুদ্ধৎলিজৈদা ঐখোয়গী শাস্ত্রবা মুংশিল্লবা ধর্ম্ম

অসি মাংশিল্লকলে অমসুং মাংলকদৌরি। ইরোইবা হৈবগা হৈতবগা ইরাকমিরবগুম ধর্ম অসি মাংশিল্লকপগা লোয়ননা ঐখোয়গী সমাজ অসি পুম্নুং মুংলক্কদৌরি। হৌজিক ব্রহ্মদেশতা গৌরয়া চৎপা মী শাখ ৩।৪ নগী মী লিশিং ৩।৪ তা ত্তাংহৌরিবা অমসুং অসি ব্রহ্মদেশতগী শরুক নত্তে, মণিপুর কাছার, শ্রীহট্টনচিংবদা লৈবা মণিপুরী হিন্দুগী লাইবক্তগী খেকল-রপান হায়বদা চিংনকম লৈরোই। অদুমনা ঐখোয়গী, সমাজ অমসুং ধর্ম অসি চাওখৎনবা মহাসভাগী ১ম অধিবেশন ৯ শুবা রিজোলিউসন মতুং ইন্না মণিপুরী হিন্দু বৈষ্ণবধর্ম চৎপনা লৈরি লৈরিবা লম লম খুদিংদা "গৌরধর্ম প্রচারিণী সভা" অমমম থম্বিয়ু। অসিনা গৌরধর্ম প্রচার তৌবত্তা নত্তনা ধর্ম শিবনবা লৈতবা মকম অংদাদ ধর্ম ব্যবস্থাপক সকাগী থবকয় তৌবিদুনা শাস্তি ওইনা লৈবা ওমপনি হায়নিংই।

লৌশিনবা লৈতবা অমসুং বাংলা হিন্দু মণিপুরী সমাজদা ইংখ্রংকনবা অমাদি চৎখোকখিনবা লম্বীদি লম পাকই। ঐখোয়গী বুংশিরবা ইচিমাও কয়া তাং অমগী লিচোন লৌরুবা অমসুং লাক্রুবদগী ঐখোয়গী ধর্ম থালোকখিবগী মশিংসু থাইনা ওই বরে, অসিগুবা দবা অসি বুংশিরবা ইচন ইচাশিংগী লাইবক্তস খোকখ্রি অমসুং থাকখিদনি হায়বদ য চিংনবা লৈরোই। বুদ্ধ শানবগী মমক তাং তাবসি থম্বুবদা অবাবা অরুকপনা পুম্নম মবই, পুমওম তত্তবনি। বৌদ্ধধর্মবু হিন্দু ধর্মগী মথুং চনদে হায়বদি কমায়দু

হায়নদে। লৌনা লৈনবগী মরমদা মহাসভ ১ম অধিবেশন ১১ শুবা রিজোলিউসনদা লৈরে। অরাগা মণিপুরীগা মমাংলৈদগী চারোমোরোনরকই। হিন্দু মণিপুরী দূপা অমনা অমা নিংতোল অমা লৌবদ তাং তাহনা চংখিগদব অহু অমা নিংতোল অদুবু নিংখিনা শুদ্ধি তৌবরগা দীক্ষা পিবিহনা লৌশিনবদা কয়ামুক অকায়বা ওইগদগে, থুংকম হিরবা ধর্মগী লম্বী হোংলকপদনি। অসিনা—ঐবোয়গী মীশিং হেজংলকপা তাতিগী চাওখংলকপা নয়না করি ওইগদগে। হসি সভা তিরিবা মন্মলে সহর অসিমক্তদা লৈরিবা শগোল তোংবা থুল অমহং অতৈ লৈশাংখোং, য়েজিপাউক, অনাউক লেহম, প্রোম অসিনচিংবদা মণিপুরী কয়াগী থুন লৈ হায়বা তায়। শগোল তোংবা হায়বা রাহৈ অসি অরাবোম নত্তে মৈতৈলোনদনি শগোলতোংহনা লাল শোকনবা মণিপুরী হিন্দু ক্ষত্রিয় বংশগী শা লানদা থৌবা তাক্তনি নিংই, অদুমনা লৈশাংখোং হায়বসিমু মমাংলৈদা মণিপুরদা লৈশাংখোং মপাক্ষা লৈরখা অহনা অমা লৈপাক অসিদা চাকলবদমু লম অংসগী মচিং লৈশাংখোং খোনবা ওইরমগনি। পুমনমক অসি য়েংলবদি ব্রহ্মদেশ অসি মণিপুরীগী মীশিংনা থংবা লৈপাকনি হায়বা রাই। ঐখোইনা মহুম বরমং ইচিল ইনাওশিংগী খোঙ্গুল লিদবা অমমং হরাতুনা য়েংলবগী পুক্কনিংনা রাখোংনা মণিপুরী হায়বা কাওবা হায়রেংনবগী পুক্কনিংনা রাখোংনা মণিপুরী হায়বা তাওবা হায়নিংঙ্গবদু ঈশ্বরগী থুজিনবগী শোকহনবা থবকনি। থাংগৈ শেংলো রক্ত সম্বন্ধ্যা য়েংলবদি ইচিল ইনাও ইপা ইচা তাক্তনি।

শ্রীশ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা জাতি বিজাতি খাইবা তৌরমদে ভক্তি অমসুং প্রেমগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণভগবানগী নামতত্ত্ব শোন্নবদি মহাক্কী পরিষাদ ওইনা লৌশিনবিরমই অমসুং ভক্তগী গুণ কয়া উংশিরমই, পুমনমক বৈষ্ণব সমাজনা খংবদা অরাংপা নৈবা নত্তে। যুগকি পোইরৈ মতুং ইং মণিপুর মাতানা পোকপা শক খংনখিরবা ইচিমাওশিং পুমনমক সনাতন গৌরধর্ম্মগী ধর্ম্মক্ষেত্রদা অমুক্কং লেংগোমচনা চান্ননা পুকনিং তিনন্ননা লেপপা হুমিং অহৃদা মণিপুর মাতানা হরাও মুংশই খিনোক খোইরম যোযোন তৌনা মচাশিংগী মুংশিনবা য়েংহনা মুংগাইজগনি। অনৌবা লৌশিনবকনা গৌরধর্ম্ম প্রচারিণী সভাগী থবক ওইনা থস্বা নত্তনা মাংখিবা ইচিল ইনাওশিংস্থ খিহনা মুংশিননা স্বজাতিগী সেবা তৌনবগী লম্বীদস্থ য়েংশিনবিরবদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মশা মরেং লোংলকপা অনৌবা মরোনদা পাল্লকপা নিংখিবা অপুংবা মনাগী মরুমদা চংহনা সংসারগী অচাকপা মৈশা কোকনবা জীব পুমনমকনা পোখাবা য়াবা মকম অসদা পোখাজরগনি।

গৌরধর্ম্ম প্রচারিণী সভাদি ব্রহ্মদেশচদি থোটলোকনা মমল য়াবলবা কাংররবা, তৌদবা, থমদবা য়াদবা অমনি, মাংদা থোর-জিনবওয চুংবস্থ করবা চেকপল অমমা থংহুনা মমাঙবু চুংকম নিংখিবদা লেৎদনা চুংবা তোংনরবদা জাতিগী মঙল শোন্দবনি, পুমমক অজিদগী ওলিমক থাযোন থুন অমসুং পুরিংখুন অনিনা খিনবিরা তৌদনা গৌরধর্ম্ম প্রচারিণী সভা অমা লিংবিরু।

ধর্ম্ম উন্নতি নংনা জাতিনা লেপদনা লৈগদবা অরাবনি। ব্রাহ্মণশিংনা চহি খুদিংদা চা কোষ্ঠি ইবা অমসুং অতৈ থবক্তা লম চংশিব। ইবোইশনা ধর্ম্ম সম্বন্ধদা মকম মকম খুদিংদা বক্তৃতা তৌনবা থৌরাং তৌবিবদসু থোইনা অরাব ওইরোই। হিরম অসিনা ব্রহ্মদেশবাসী হিন্দু মণিপুরী ব্রাহ্মণনা শরাই য়াওবিরু। মন্দলেশদসু নংনা খুন থর থর চাওনা লৈরিবা চেগাই, অমরপুর, হেঞ্জাদা অসিনচিংবা মকমদসু সভা অমমম থম্বিরু, ব্রহ্মদেশতা অনিশুব মণিপুর ওইনবা থৌরাং তৌবিরু।

ঐখোইগী মণিপুর মচা কয়ানা বৌদ্ধ অমসুং মুসলমান-চিংবা ধর্ম্মদ চংবিরুনা ধর্ম্মচ্যুত ওইবিরমি অরাব থর পুক্কংদা লেরবসু, ব্রহ্মদেশতা মণিপুরীগী মীশিংনা য়ামনা হেন্না লৈবা অমি উবদা হন্নাওই ধর্ম্মচ্যুত ওইরবগা ঐখোয়গী জাং নত্তে হায়না ইচিল ইনাওশিংনা থনবিরম্বদু অরানবা ওইগনি রক্ত সম্বন্ধদা ককথংগা ভমদে অহুপ পোকউরবা দেশ অহুগী মচা নি হায়রদবা ওন্নোই। মতু, অসিদা ইচিল ইনাও খাই উনবা অসিদা থাংনগী মণিপুর লেপাক কাইবগী ইতিহাস নিংশিং-নুবগা পুকনিংদা অরাবা পোকলদসু অদুদা অমসুং মণিপুরী হি জাতি অনিনা সুংশননা তিরব অসি উবদা সুংদাই। জাতি অনিগী মমাংলৈদগী সুংশিনবা অসি ফংনদবা অমসুং পুক্চেল থোই-কেল তিরবা অসি চেংশিনবা আশা তৌই। মতমগী খোংহৈল য়ুগকি পোইতৈ মতুং ইমা চহি চা কয়াগী মমাংদগী কাইনরবা থোক্নুল সুংবিবতুম লৈরবা ঐখোইগী জাতিগী ইপা ইমা ইচিল ইনাওশিং

মথং মথং থংনবকপা উনবকপা পুকনিংগী বা হোদোকনবা ঙমলকপা অসিদা "পুকনিংদা হায়কপ খোঙ্গুবা মুংঙাইবগী ইপক্কা সমুদ্রগী ইথক্কুম চাউনা হৌরকই। মণিপুর মচা ইচিল ইনাও, ঈচেম ইনেম ইচন ইঙা পুমনমক। মণিপুর মাতানা মচাশিংবু কাওদে ইচিল ইনাওশিংনা লাকপা ঙাইহুনা কুকনা খাংনবা মচাশিংবু কবেগী কয়া ১ ভূজুং খোইননা পাম্বোম তিংখোকহুং। ভয়াম ভয়ামনা ওক্কনি। ওখেৎনা চাং কয়া, তুবেন কয়া সমুদ্র লাসুনা ইচিল ইনাও, ইচেম ইনেম ইমানা ঙাইহনা ইপা ইচা, ইচন, ইচা উনকনি হায়না লাকচরিবনি, খোঙ্গবা ইমানা ঙাইহুনা লৈহৌরি। নোংচুপ্তা লাকনা লৈহৌরিবা লাইবক শিবা মচাগী মপান চাত্রবা মাতৃভূমিনা শয়না ইক কা, যোংলবা শেগাইরবা ফবেক নমথা'না কিজেং ওই, তত্তনা মিংতা পিনা ইরা হৌ, তেংথাং নাওই খোজেমা মমাই নোংপোক ওন অরাংবা চিংলোন কয়ানা য়েকনবা ওইনা থংতুনা মচাশিং মাংবিবা খিবা লাকপদি হমদা, লৈরি কায়বদি ভাংগুংশিরবা মচাশিংগী পাও ঙ্গদবগী ঙাইহুনা লৈহৌরিবসি অমুক্তং হননা য়েংসি খাই পুমনমক উনজবগা ইমাগী মাকা কনখিবদা মচাশিংগী পাও হংলবদা লমদম তাবনা লৈরবত্ত্ মচাশিং পুমনমক লাইবক খিরবা ইমাবু কাওত্রি, পুম্নমক পুকচেল হিননবা অবস্তা ওইনা ইমাগী সেবা ভোগদবগী হোংলহৌরে হায়না হয়াওনা পাও তথজনিংই মণিপুরী পুম্নমক লগী অংগলদা ইমাগী সেবা হৌবেরে হায়না ইমাদা হক্তংচকনিংই।

ভারত অমসুং ব্রহ্মদেশতা লৈরিবা হিন্দু মণিপুরীনা রাজ-নৈতিক মরমদা করিগুম থল্লকম লৈতে মযুথৌ ইবুংঙো ⁄গরিবনিবাজ ⁄চৌরজিৎ, অমসুং ⁄মারজিৎ সনা হাওবা মণিপুরগী মণিপুরীনা কয়া নংপ্রবা স্বর্গলোগী পারবস জন্মভূমি থাদোক্লুনা অতোপ অতোপ্পা লৈপাক্কা থম্মাখি বিজাতীনা মণিপুর জয় তৌরুনা মণিপুর সনা লৈপাক্কা খুন্দাকপ্রবদা মহারাষ্ট্রগী শিবাজী উদয়পুরগী রাণা প্রতাপ সিংহগুম্বা মযুথৌ ইবুংঙো ⁄গম্ভীরসিংহ ⁄নরসিংহ মহারাজ অনিনা বৃটিশরাজ সিংহগী মতেংনা মাতৃভূমি উদ্ধার তৌরুনা মণিপুরী জাতিগী শিরবা দেংদা অনৌবা থাই হাপ্পি, মতুংদা বৃটিশ রাজসিংগী থিংজমথবা পাওলদ মণিপুর লৈপাক কাইরবদা থোকপ্রবা মযুথৌ ইবুংঙোশিংগা সরকার বাহাদুরগা ভাংনখিব লেপনখিবা বংশ পুমনমক হিক্তোকনবা লৈহনা সরকার বাহাদুরনা ইবুং মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চূড়াচাঁদ সিংহজী বাহাদুর কে. সি এস আই, সি. বি. ই ভক্ত রাজর্ষি শ্রীকৃষ্ণ সেবা বিনোদ ইবুংঙোবু রাজগাদি পিরুনা বীরশ্রেষ্ঠ পৃথিবীবিজয়গুম্বা পাণ্ডবকি মাইমবা শ্রীকৃষ্ণগী সখা অর্জুনগী পোকপা শ্রেষ্ঠ মহারাজ বভ্রুবাহনগী রাজ সিংহাসন তাম কাওবা হাংজি। যুদ্ধকী [illegible] অমসুং বৃটিশ-গবর্ণমেন্টগা পুক্নিং হিরবা চথবা তৎনগী লানফমদ মণিপুরগী অপৌবা লাঙ্গী ভবন কম্পনী, এরোপ্লেন, মোটরগাড়ীশিংহনা মতে পাংবদগী সি. বি. ই. হায়ব উপাধি; লৈপাক শাসন তৌবদা ঐহাকশিংবগী অমসুং ফবগী দমক সার, কে, সি, এস, আই,

হায়বা উপাধি অসি ফংদুনা মণিপুরী জাতিগী লেমগী মথক্তা মাইপাকপা ওইরি। মণিপুরগী মপাল্লা লৈবা মণিপুরীন অতোপ অতোপ্পা গভর্ণমেন্টগী মখাগী লৈরবদু মহাসভাগী ১ম অধিবেশন ১০ শুবা রিজোলিউশন মখুং ইরা মণিপুরী অংগী জাতির মাঙা হায়বদি সমাজ অমসুং ধর্মগী মরমদা মকোক ওইরবরি অসি হিন্দু মণিপুরী অদুম্বা গবর্ণমেন্ট অংগী মখাদ লৈ হাংদবদু খোইনা লাকোই।

ঙসিকি অহিং অসোই শিরবা মতম অসিনা মণিপুরী অমাখনা ইংলিশ এডুকেশনগী খপাকগী মণিপুরী জাতি অসি চাওখংলকলে হায়না থমনরকনি। কারণ অমনা হায়রি–ইংলিশ এডুকেশন লাকপদগী ঐখোয়গী বৈষ্ণব ধর্ম অসি মরেং তানিলকলে ওই রেং থংরে হায়না মরেল অম নিংনোন পাখনি অমি খসিনক অমা লাক্লগা অমদু মরম্না চুপ্পি হায়সিনে। ঙসিগী মতমনে ঐখোইগী হিন্দু মণিপুরীগী ইতিহাস খুদু খুংলাইগী মরমনচিংবা লৈরবা মমল মাইরবা বিতা পুরনমক পুখাং মাংখত্তুম লৈখিদ্রন, মণিপুরী জাতি অসিবু কনিং লৈতবা হোৎনবা অপংবা ফাং অমত্তুং থমরবনি ইংলিশ এডুকেশননা মণিপুরদা চংলকখুনা থবগী পূকনিংবা চাহরবদগী কাওখিবা পোং অমুক নিংশিংবত্তুম হৌজিকা মথং মথং থিন্দুনা মায়মনি লৈরমগনি, অদুনা কনাইবনো হায়না কোইচেন চেন্দুনা খিপংনরকনি। অদুবা খাইনবী হিতা অমসুং লৈরমলিবা ইতিহাসনচিংবা উবগা হৌজিকমক চাওখংগা ফাং অমনি হায়বা থক্রবদু মতম অমদা নিংখিনা চাওখংলগা ফাং

অমা ওইরে হায়বসি থয় থয় চিংনবদা ঙাইরকদি। মতাং অসিদা ঐখোয়না ইংলিশ এডুকেশনবু খাগত্তবদি চখোই। তৌইগুমদুং ধর্ম্মগী মরমলোমমদা অমুক য়েংলবদি পুকনিংদা করিগুম্বা খাথল অমদি পোকলকই। ইংলিশ এডুকেশনদা লাকত্রিঠেদা মণিপু-রীশিংনা লাইরিক তমলমদে হায়বা চখোই। সুম খুদিংদা স্কুল লৈরম্মি মী খুদং ধর্ম্মগী মরমদা নিংখিনা তম্লমই, ঐনা হায়জরিবসিদা হৌজিক লাইরিক ইচম তংদে হায়বা নত্তে। হৌজিক ঐখোয়না নিংখিনা উরি—জাতি খুদংমক নহা ওইরিঠে অহানবা লাইরিক তম্বা হৌবদা মাগী মাগী ধর্ম্মগী মরমদু লোয়ননা তমই তম্মুমনা নহা ওইরিঠেদগী ইনখিবা ধর্ম্মগী বীজ অমনা লাইরিক মথং মথং তমঙুনা চৎি মপুং ফাবরা ফাম্না থখোইগী অচেৎপা ওইনা লৈখিদুনা ধর্ম্মগী লেংবা অমমুং সমাজগী নিংখিবা ফিবম ওইরকই। মরমসে অসিমং তম্না অমা অহাংশিংনা নহা ওইরিঠেদা সুজিগদা লৈহনা ধর্ম্মগী মরম তম্বগা লোয়ননা মাগী জাতিগী অমা লাইরিকমু তম্মী অমগা সুগী সুগা খাতনা লাইরিক তম্মি অসিবু খাগংতবা চমদে।

ঐখোয়গী সমাজগী ধর্ম্ম শিক্ষাগী মরমদা ঐনা হায়জা হায়না থবা মতাং অমতং নিংশিংনিংই হৌজিক মণিপুরগী Primary তমগী হৌদুনা M. E, High, College তম্বা ফাওবা ধর্ম্মগী (বৈষ্ণব ধর্ম্ম) মরমদা নিংখিনা তমদে আচার অমমং ধর্ম্মগ্রন্থ খাওদে হায়বা য়াই, লাইরিক তমদিবা অমাবনম

Class x ফাওবা লোইনা ভস্থন্ নত্তে। অসুমনা স্কুল ভস্থিনৈদা স্কুলগী পরিক্ষা পাশপীদমক কোকলু খোংতুনা হোংলরে, স্কুল ভোকলে, যুমপাম্বা শেল তাম্বগী লম্বীদা চংল্রে অমুনা যুম পাম্বা চহি ৪০ গী ওকয়াদা ধর্ম্মগী মরম থিগংলকপনা থিগং-লকপা নত্তনা ধর্ম্মবু অমরোমগা খঙোকথিবা, অসুম্না কোযলকপা য়াওই। অসুম্না মণিপুর, ঐখোয়গী তাংতাক্তা লৈবা অসিমক্তা কয়ি করিগুম্বা ধর্ম্মগী বিরুদ্ধ ওইবা থবক ভোরে হায়না য়া খোক্তে হায়বা ওমদে, অসিগী মথক্তা বিজাতিনা থম্না লৈরবা মীৈরবাক্তা হিন্দু মণিপুরী খরদং লৈবা মকমদা ওইগদবা অবস্থা করিনো, ধর্ম্ম থিবা নংত্রিবৈ মশক খংবা ওমত্রিবৈ মরক্তা "যৌবনকাল বিষম কাল" "অভাবে স্বভাব নষ্ট হয়" হায়বগুম মাংখিনবা লম্বীনা থম্না লৈতবা নত্তে। ঐখোইনা খাইনগী মাং হন্জিনদবা য়াদে, মণিপুর অমসুং মপাম্দা লৈবা মণিপুরীশিংনা প্রাইমারী তম্বা হৌবদগী নিত্যাচারনচিংবা আচারগী লাইরিক অসুম্বা অথং অথং বৈষ্ণবধর্ম্মগী মরু ওয়বা লাইরিক থম্ন তম-ল্লবদি স্কুল, কলেজ খাদোকলবা মতুংদা ধর্ম্মগী লম্বী চংবদা খুদোংচাবা অমসুং অচেংপা ওইগনি হায়না অশা তৌই। তৌজিক ঐখোইনা ঐখোইগী সনাতন গৌরধর্ম্মবু ঙাকনবা হোংল্লহৌরবা অমসুং অচুবম্ বিহৌরবা চনবা হোংনহৌরবদি ঐখোয়গী ধর্ম্মগা লোয়ননা থুংশিরবা কাত্তি অদি সমুরগী কোলোন তাকপগুম তাকরগনি, ঐখোয় ঐখোইগী অধিকার লৈবা কনকম খোকপা, হোংবকম খোকপা অসিয়বমক্তি অকক্তা খোকলগদবা অপুন্বা ঐখোইগী নরুকনি ঐখোইগী ইথৌনি।

ঐখোয়না শাস্ত্রদা উই "বৃণিজ্যে বসতে লক্ষ্মী।" মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা মণিপুরীশিংগী মখ্যান কৈবান নিংখিবা মিত্তা উবা ফংজ্রি। শেলনা মরুনি, লক্ষ্মীনা লৈরিবা বাণিজ্য (লস্লোনবা) হায়বা থবক অসিদা মণিপুরীনা পুকনিং চংদে অহুনা মণিপুরীগী মফমদা লক্ষ্মীনা মাই ওহোকপনি। ফনমক লৈরম্বস্বসু শিকম্বা হেতবদগী মাংখি। মী অমত্তংনা শেল লৈরগা মী পুম্নমক শেল লৈ ইনাক খুল্লি হায়রিবা? লস্লোনবা হায়বসিবু মণিপুরীনা অম্বুক ত্তাখিবাসিবু করিনণো? মণিপুরদসু অত্তুমঙ্গায়, মণিপুরবু মাররার লৈবাকনি হায়রবসু লাস্লোই, ব্রহ্মদেশগী লস্লোনবগী খুদোং চায়রবা কাংবাক, রেল লম্বীদা মপান নাইদনা ফবা য়েন্দুন, মং লে সহর অসিদা মণি-পুরীগী দুকান অমত্তমক উবা ফংদে অংমনা কাছার শ্রীহট্টনচিংবা লৈপাক্কী খুদোং চাবা চারবা মফমদসু উদে। হৌজিক পৃথিবী অপুম্বা শেল ত্তাংবগী মৈনা অথেংবি চাকশিন্নকলবা থবক শুনিংত্তাইনসু ত্তাংলবা মতম অসিদা থবক লৈত্তে হায়না তুখিন্না লৈববু অচুম্বনি থনসিম?

মণিপুরীগী খুত্তগী খোকপা চমদবা করি ফি লৈবগে, ত্তবদা হৈত্তবা করি বিত্তা লৈবগে। ফনা হৈহুনমু শাত্তুনমু চাবা থুংবদগী হেন্না করিনু খোকপা চমদে। মরমদি, শাখিবা শুরিখোংলিবা ০পুরগী য়োমফম লৈত্তে। ঐখোইনা য়োকবা চমদে অহুবা শেঙ্গোংবা খোইনা য়াংবা ফংডি অহুপা শারগসু য়োনকম থংহুনা মমতুবা থবা পোৎ অহুনা লমহুবা লৈহ্নবা

শেন কদাইদগীনে, অহূগা ঐখোইগী মপান থোকনা লন্নোনবগী লম্বী ইলৈ লৈতে। অসিনা ঐখোইগী জাতিসি কোঞেং কোক-কাইনা নোংমাংখ নোম্বগা মনমগন্বা মরুম থুবগুমন্তা ওইহনা লাইর তাঙবতা ওইরি। অসিগী মথক্তা ঐখোয়না শাবা পোং-চৈংবা য়াম্বনা নিংথিনা চংজবদি শিল্প বিত্তদস্ চাওখংজে অহূনা নাকল অনিদা জাতিগী «ন্নূনবগী লম্বী ওইরি।

অদুমনা লন্নোনবগী মরমদা হায়নরকপদা শেন লৈতে কদাইদগীবু হকান কম্মুগবানো হায়বসিনা অহানবা দাবী ওইনা হায়রে। অসিগীমতবু তৌগে হায়বা অশা তৌগে হায়না খনবা য়াই। লন্নোনবগী অরাবা থবক অহূর থাংবা ওস্মোইদবা মরমদম্ থর খনবা য়াই। পুকনিংদা থাজেশেংনা চপয়ুংনা তৌগে নিংলবদি ওস্মোইদবা মরম লৈরোই; অহানবা মী ৫।১০ তা তিননহূনা হৌগংলগা মাহুগী উন্নতি উবগা লোয়ননা প্রতিক-চাবা সাহাব্যদু ফংলোই হায়বা ওমদে। অদুমনা মণিপুরীনা লৈরি লৈরিবা লমদা হকান অমমমতং থমলবম্ মণিপুরী মশেল লৈপাক লৈপাক লন্নোলনবদম্ থোইনা থুদোংগাবা ঐখোইগী শেন ঐখোইদা লৈজবা অহূগী মথক্তা অতৈনা অতোংবনি খনবা য়াই। অসিবু য়াম্বনা ঝুবনি অরাবনি হায়না থজবা বর্গদগী থাদরকপা চাইরবদি "মংদা মদু। তানবগুবনি" "থুং চোংলগা চিন চোংনি।"

ইবং থরেবা মণিপুরী মস্তে, মথংলজা হায়বম্ অচুক মৌরে হায়বা য়াই "হেরো" গী মথক্তা শাদৈ কনা থাহ্না থৌরিবা

মণিপুরীনি। থা ৩ নোমশপা কুম অহুমা থোংগ্রাই চিক্কুনা চাবা অহু হেক লোইরগা অমুক হেংগৎপা অসিনি। মন্দলে সহর অসিমক্তগু অহুমডায় ব্রাহ্মণ অমম ক্ষ ংশয় অয়ামবা লেখিবা থোক্লুরে অন্তুনা পুরকপা শেল থরহু লোইক্রি কাওবা চাবা, অদুনা হেক লোইবগা অমুক চৎপ গছুনা চানিং কাংহনা লৈব অসিনি। অসিগী অবস্থা অসিদা ব্রাহ্মণনি তায়হুন লৌগু উত্রবা, ইংথোলগু কোইত্রবা থর কংলকপা শেল অহু মা ৫ ১০ পুনাশররগা শরুক শরুক থাংদোকনহুনা নিংথন করব র তেবা মারোইদবা মরম ডদে মাহুদগী তোংলকপ শেং অংগু অমম্বং অতৈ ভানশিন্নকপা শেলগু চনিং ওইরোই মায়ব ডন্নোই। দযা থেল হোংপদা কংবা অহুদ হুকানদ শেঙ্গোং কংবগু কতবা নত্তে। অসোমদ শেন ভানবনি কাইনা চৎপ, ভিক্ষাগুম শেন মতামদি "ভিক্ষাং চৈব চৈব চ" অসিগী মথক্তা মণিপুরী হায়বসি মহৌশানা কেবনা থৌ ওইনা লৈরিবনি—অসোমদি শেল লাকনবা লম্বিদি লৈতে অমরোম্বদা কেবদা খুং থারব জাতিগী ওইগদবা অবস্থা করিনো। অসিগী মথক্তা থোইদোকপদি ব্রহ্মাদেশ অসিদনা অমুক হেন্না অরাবনি। মণিপুরীগু, অরাশিংগু কেবদা লৈথাপিজা ভাননবগুম তৌরিবা, কুম্পৈ কিরোংনা থনবা, চাবা থকপদা হালেংদবা ট্রাম, মটর, রিক্সা, সিনেমানা থুরক তাংদবা অসিদা মণিপুরীনা দেশগী চৎনবি অরাশিংগী মতৌগ্র অম্নোই হায়বা ওমদে। অবস্থা অসিদা মণিপুরী পৌন্না অরাগী ফুং ইনবদা অরাবা ওইরোইদবা লৈতে। ঐনা অরাগী মননদা ৭৭ নিংশিংবনিংই।

ব্রহ্মদেশবু অৱালৈপাক কৌনৈ। অৱাগী লৈপাকনি অহুম ওই-
হনবু অৱাশিংনা মরৈপাক্তা লৈহনবু মীরৈপাক্তা ভাংখনা লৈবক্তুম
লৈতে হায়বা ঙম্মোই। মমাংদুদা অৱা লৈপাক্তা শেল
খোংলমতুম হৌ ভিক। হোংলি হায়বা ঙম্মোই, অম্ভুম্মা নোংমা
নোংমগী হম্বরকপনা চাকি থবগী মতুংদা শেলথুমগী মরমদা যাম্ম
যাম্বরগনি হায়বা অসি মরৈদি হায়নিংই। ঐখোনা অৱাশিংগী
অৱা অনংগু খোকহনলিংদে মণিপুরীশিংগীসু খোকহনলিংদে।
অৱা লৈপাক্তা অৱা অমসুং মণিপুরী লৈরিবনি অৱা-মুংঙাই
শরুক কংমিররিবনি জাতি অনিমক্কি মঙ্গল ঈশ্বরদা নিংই।

অৱা লৈপাক্তা লৈরিবা ভদ্রমহিলাশিংগী শিক্ষাগী মরমদা
খনবদা পুকনিং মুংঙাই, মহিলাশিংনা অৱা লৈপাক্তা লৈবগ
অৱা লাইরিক লোইনা হৈহনা চংনবা অপুম্বা খংবা ভম্বা লাই
রিক লাইশু পাবা ঙম্বা অসি খোইদোকনা থাগৎনকমনি।
অম্ভুম্বা মণিপুরী মহিলা পুমনমকন ঐখোইগী ভঙাই ফদনা ইবা
পাবা কাওবতবু ওইরবসু হৈরবদা জাতিগী মঙ্গিকচাবা হায়বহ
অশেংবদি। অৱা লাইরিক্তা হৈরিবা অসিগুম্বা ঐখোইগী ওইবা
লোনগা কোনম্না ঐখোইগী মরেক ইবা পাবা ঙমলবদি মাগী
মথক্তা তম্বা থিনবনি। অম্বমনা মূপীগী শিক্ষাদসু থাই চাওন
শিক্ষা পিরবা হোৎনদবা য়াদে—ইশলপা সমাজগী থাইবোব
ওইরিবী মূপীনা শিক্ষবদি ফকচাংগী মথক ওইবা সমাজ অসি
অর্জাজ য়োগনা নারবা মীওম অরাবা মরেকনি।

ঐনা সভাগী মমল য়াম্লবা মতম থরদং যাংহল্লে। আয়োইবদা ঐনা হায়জগদবদি "সঙ্ঘ শক্তি কলৌ যুগে" পূম্মক অসি লিংজেল য়াম্লবা অমম্লুং তিম্লবনা মহৈ য়ানগনি। মণিপুরী হায়বা জাতি অসি মশা মশাগী মম্লনাই চাওথোকপা অমগী রা ভাদবা হেয়াগী মথক্তা শাজে থাহনা থৌরিবা জাতিনি। য়ুম ৫ ডং লৈবদা পাটি মরি থোকতুনা য়ুম অমনা মরক্তা নাম্লদ শাব, অসিনা থৌওইরিবনি। অসিবু কনাগুম্বা জ্ঞান লৈবা মীনা অকবনি হায়বদি হায়নদে অসিগী মহৈদগী ওসি কাওবা জাতি অসি অরাবগী মশক্তা ওইরবা পুমনমক থোকলবনি। মমা অময়ুনা পোকপা মচা অমগী মতেং অমনা পাংনরিবা অমগী অরাবদা রারিবা, খুংগাইবদা চত্তাওরিবা মচিন মনাওগী মরক্তা লৈরিবা লিংজেন য়াম্লদবা অসি তুম্লোকখিদবা য়াদে, খুংশিনবগী থৌরিনা জাতিবু পূনহনা মাতৃসেবা অমম্লুং জাতি সেবাদা চংদবা য়াদে। অসিবু নঙ্খবদি ঐখোইগী জাতিগী উন্নতি হেংবদা য়ামনা লাপলি, নিংবা খুংবা মকম য়ৌবা য়াম্লনি ব্রহ্মপ্রবাসী অমম্লুং অতৈ মণিপুরী পুমনমক্তা লাউজরি—পূকনিংগী খুংগাইনদবা পুমনমক থাদোকপিয়ু—মাংহ্নগদৌরবা ঐখোইগী খুংশিনবা জাতিবু কন্নবদা অমত্তা ওইনা পুকচেল লিংজেন তিননা চংবিয়ু, জাতিবু কম্লবা হোৎনবদা অরাবা থনবিগনু। থবক খুদিংদা খুৎথাননবা হাশক চেৎপিয়ু।

কুমশি মহাসভাগী ৩য় অধিবেশনদা লমদম তামনা তাম্লা লৈনখ্রবা থাই পূমম্লক তিম্লহনা অরা খুংগাই বারি তৌনবদা

জাতিগী মুংশিনবা থৌরিনা পুননরিবা চেংশিল্লকইবা অসি কাইদবা, জাতিগী সেবাদা পূকনিং লোংদবা অসিগুম ওন্নকপা চহিগী ৪র্থ অধিবেশনদা মুংশিন্নবা ইচিল ইনাও পুমনমক অমুক ত্তিনননহনা পোন্নীগুম চিলওকন, চেকলাগুম চাকত্তানহনা অরা মুংডাই রারি ত্তোনবা থ্বাই পুমনমক অনা অয়েক লৈতবা, মাতৃসেবাদা কুমিননরবা ৺শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউনা কৃপা ত্তৌবিবা ওইসনু।

"বন্দে মাতরম্"

---

# মহাসভাগী হোংলকপা খোংথাং

:{*}:—

নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ৪শুবা মীকম ১৯৩৮ ইংগী ডিসেম্বর ২৯, ৩০ দা চিংঙাগী লমপাক্তা ফমলবা মফুংদা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী করাংতা অচৌবা অহোংবা কয়া লাক্লে মহাসভা অসিগী মিকম অদুদা হিন্দু হায়না য়াহৈ লৌথোকখ্রে অদুগুম্ব মথক্তা মণিপুরী হায়বা য়াহৈ অসি "মণিপুর" না শিনখ্রে। মীকম অদুদগী মহাসভা অসিগী মমিং অসি "নিখিল মণিপুর মহাসভা" হায়না কৌখ্রে। মীকম অদুদা মরু ওইবা য়ারেপ ১৩ লৌখি। লৌখিবা যারেপশিংদি :— ১। মণিপুরদা পূর্ণদায়ীত্বশিল শাসন লিংগদবনি, ২। সাবলক তোতনা মীথল তোংগদৌবনি, ৩। খুঙংদা পঞ্চায়েট লিংগদৌবনি, ৪। খুনং খুদিংদা স্কুল লিংগদৌবনি, ৫। ক্রি-কমপলসরী প্রাইমারী ইডুকেসন পীগদৌবনি, ৬। খুনং খুদিংদা অনা লাইয়েংশং থমগদবনি, ৭। খুঙংদা পোষ্ট অফিস থমগদবনি, ৮। লৌমী মীশিংগী ইথৈ লৌথোং শেম্মু, ৯। লাঙ্গোল পায়বনা লৌগী মপু ওইগদবনি, ১০। লৌগী থক্তনা লুপা ১২ দগী ৬ তা হনগদবনি, ১১। চীং, পাং ফুরেন লিলাম করকদবনি, ১২। চীং তমগী শাসন পুম্নিং-ঙদবনি, ১৩। রাণী গাইডেন্ল্যু জেলদগী থোককদবনি। অসিগুম্ব মথক্তা মতম অদুগী য়াম্না অচৌবা অথাং অশেংগী য়াকম,

ধর্ম্মগী মিংদা শেম্ভেক কয়া লৌরিবা, পানা লোয়শঙগী শেম্ভেক, য়াইরেক শন্নি, পোংথাঙ বেকার, পীয়ন, আমিনগী চাকথাক দোলাইরেং, পাঁচ অনা চন্দনগী শেনথাই মাশুলনচিংবগী মায়োক্তা বায়েপ কয়া তাথি।

৪শুবা মহাসভাগী চিংঙ' লমপাক্তী মীকয় কময়বা মতুংদা সরকারনা মহাসভা অসি রাজনিতি দলনি হায়না লৌখি। মরম অসিদগী সরকারগী কর্ম্মচারীশিংগা মহাসভাগা তোপ্না তোপ্না লৈনবা হুকুম তৌরকখি। হুকুম অসিনা মরম ওইদুনা মহাসভাগী জেনেরেল সেক্রেটরী হাওনা মেম্বরশিং মথং মথং মহাসভা থাদোকখি। শ্রীবিজয় ইরাবত সিংহ পঞ্চয়েং মেম্বর থাদোক্তুনা অমদি শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহ লৌরুশংগী কেরানী থাদোকতুনা মহাসভাদা অহুম লৈরোই। অসিগী মতুংদা সরকারনা অকনবা মিৎয়েং য়েংশিনলকপনা মহাসভাগী রাকিং কন্নিত্তিগী মনুংদা য়াম্না তোইনা হোংদোক হোংজিন লাকখি। অসিগীম্ মথক্তা ডিসেম্বর ১৯৩৯ দা চেং তাংবনা থাকথেংনবা মরম ওইদুনা স্থপিলান থোকলকপনা ইং শোক ১৯৩৯ দা মহাসভাগী চহিগী মীকয় কয়া ওনখিদে। মুপী লানথা বরি লৈমনা তাং-৯।১।৪০ ইংদা শ্রীইরাবত সিংহ কাঞ্চবা মতুংদা মহাসভাগী প্রেসিডেন্ট অসি হাংদুনা লৈখি। অসিগীম্ মথক্তা মণিপুর ষ্টেট অর্ডর নং ১৪৩, তাং ১৩।১।৪০ ইংগী মতুং ইন্না মহাসভাগী মীকয় থা অমি কয়া য়াদে হায়না থোকখি। মথৈদা মীকয় কয়া য়াদবগী মতম থরা অমুক শাংদোকখি। মণিপুর ষ্টেট

দরবারগী তাং ২৬।৬।৪০ ইংগী ১৫ শুবা বারেপনা মহাসভা কম্বা য়াগনি ভাখিবা রারেপ অহ্ মহারাজনা তাং ২৩।৮।৪০ ইংদা ককপ্লে। অঃম ওটনমক দরবারগী প্রেসিডেন্টনা হায়না মিকম কমগে হায়ন হোংনরিবা মকম অচ হোংদোকলবদি মহাসভাগী মীকম কম্বা য়াগনি হায়না ওর্ডর পিরকপদগী মহা-সভাগী মঙাশুবা মীকম অসি তাং ২৫।৮।১৯৪০ ইংদা থৌবালদা শ্রীযুক্ত ললিত মাধপ চট্টপাধায়না সভাপতি ওইদুনা কমখি।

মরক অসিন তাং ৯।১।৪০ ইংদা শ্রীইরাবত সিংহবু মুপী লানগা মখি ৈলননা কাখিবদগী নিখিল মণিপুরি মহাসভাগী সভাপতিগী কম হাংদুনা লৈরকলিবা অদু মেনশিনবা তাং ২১ ৭।৪০ ইংদা মহাসভাগী বার্কিং কমিতি কমখি। বার্কিং কমিতগী বারেপ মতুং মনা শ্রীযুক্ত ললিতা মাধব চট্টাপধ্যায়বু মহাসভাগী সভাপতি হাপখি। মতুংদা মতম অদুগী জেনেরেল সেক্রেটরীগী থবক পুরবা শ্রীনোংমাইথেম থানিলনা থবক থাদোক-প্রবদা শ্রীএলাংবম তোমপোক সি হনা অমুক জেনরেল সেক্রেতরী ওইহৌই। অদুবু শ্রীতোমপোক সিংহ সরকারনা কাজিনখিবা মরমনা মঙাশুবা থৌবানদা কমখিবা মহাসভাগী মীকম য়াওবা তমখিদে ৫শুবা মহাসভাগী মীকমদা মখাগী মরুওইবা বারেপ-শিং অসি লৌখি।

১। আইন সভাগী দাবী।

২। রাজনৈতিক বন্দি পুরমক থিনা সর্ব্বদা থাদোকরুবা।

৩। ভিভিরিনরি হোসপিটাল মশিং হেনগৎলেবা।

৪। পাট্টা মমুংদা হৌবা তেরা পাম্বী মপুবু কংহনবা।

৫। থোং পাদ্বে হাপনবগী বারেপ।

৬। লৌ পরিংদা থজংবা পুথা ও থিবগী মহুত্তা কৌ ওইনা লংবাই ও পিনবা নঙ্গপ। কৌ মমল হেনগৎহনব।

৭। গনক ব্রহ্মনশিংগা চামিন থকমিন্নবা য়ানবগি রাকম।

৮। থম্বা থোইবীগি ফি মিউউজিন্নমদা থপ্পবা থম্বব।

৯। মণিপুরগি ইতিহাস ইন্নবগী বারেপ।

১০। মৈতৈ ময়েকী বেঙ্গলি ময়েক্তা শিনদোকপগী রাকম।

১১। মহাসভা কর্ম্মিশিংনা অতোপ্পা দলদা য়াওবা য়াহনদবা রাকম।

১২। অয়াং মায়কৈদা দিসপোসরী থপ্পবগী রাকম।



# নিখিল মণিপুর মহাসভা

## অমম্বুং মণিপুর প্রজা মণ্ডল

পুন্না ফম্বা সভা, ইম্ফাল।

কোংদোকপা ঃ— ইরাবত সিংহ

মমল ৵ (পৈশা ০.১২)

\

তাং ৫।৪।৩৯ ইংগী হুংথিল পুং ৪ তাবদা য়াংথৈ অয়াং পাঙি শ্রীযুক্ত বাংথৈ মমুম ওলামজাং সিংহনীদা নিঃ মঃ মহাসভা

অমসুং প্রজা মণ্ডল পুম্না সভা অমা কমখি। সভা অসিদা শ্রীযুক্ত ভুবনসন রাজকুমারনা সভাপতি ওইখি। সভাসিদা শ্রীযুক্ত লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ, ডাক্তর লেরেন সিংহ, পণ্ডিত ললিত-মাধব শর্ম্ম কুমারী প্রমোদিনি, শ্রীইরাবত সিংহন বক্তৃতা পীখি মথাগী প্রস্তাবশিং অসি সভানা লেপনখি।

লেপনখিবা রিজোল্যুসন :—

১বা। ১৯৪২ ইং মে তা ওরাদা ইম্ফালদা অহানবা জাপানগী বম তাবা মতুংদগী মণিপুরগী স্কুল লেপই। ১৯৪৫ ইংগী অরোয়বদা স্কুল শেমগৎপা অমসুং অঙাংশিং লাইরিক তম্বা হৌই। মরক অসি স্কুল লৈতবা, অঙাংশিং লাইরিক তম্বা লেপ্পনা মহৌশা শোৎথদুনা লৈবা মণিপুরগী শিক্ষা অসি কায়নিংঙাই লৈতনা শোৎথরে। হৌজিক স্কুল শেমগৎপা হৌরে। লালগী মমাংদা লৈরম্বা স্কুল মশীং অদু য়ৌত্রি অহগা ছাত্র মশীংদি শরুক অহুম হেনগৎলে। অবস্থা অসিদা অঙাং-শিংগী তম্বা লাইরিকি অহানবা তম্বদগী মথক্তা ক্লাস কাওবগী লাইরিক কংত্রে। মণিপুরদা ছাত্রশিংগী তম্বা লাইরিক লৈ-তবগী অবাবা অমা ওইরে, মসিনা স্কুল ছাত্রশিংগী লাইরিক ভৌরে চোরা বাজার, মজুতদার চংলে। শুপনগী ।৶ তা পীবা লাইরিকনা রুপা ২৷৷০ দা চোরা বাজারদা লৌনরে। অসিদগী কয়নবা লাইরিক লেনস্নিং ভৌরে অসোয়বদা ষ্টেটকী সপ্লাই তৌনবা লাইরিকি লৈত্রে। মসিনা ইমম-মমনা মণিপুরগী শিক্ষা য়েসনিং ছারকলে। থবক্তা থোকপা শিক্ষাগী য়েসনিং মতৌসি

লৈবাক্তা য়াম্না য়াম্না থম্লি। টেক্সবুক ছাপা তৌবা য়োনবা অসি ষ্টেটকী কারবারগুম উই। ষ্টেট প্রেস্তগী মথুং তাইর-বদি চহি অসিমক্তু নত্তে মতুংগী চহিদস্ত লাইরিক শুনা ফংগনি হায়বা নিংদে অসিনঃ ষ্টেটনা ষ্টেটকী মখুং অমখুং মপানগী প্রেস্তা মণিপুরীগী অঙাংশিংগী তমননবা লাইরিক নমনবা অদুগা প্রজাগী মখুংদা ছাপা নমদুনা য়োনজগে হায়বশিংদক্তু পিবিদুনা অঙাংশিংগী লাইরিক অরাংপা কোক্লবা, ষ্টেটতা শিক্ষাগী য়েনম্লিং লোথোকপিয়ু হায়বা ষ্টেট সরকারদা হায়জবা লেপনরে

২শুবা (ক) হক্কী লানতাও অসিদা মণিপুর ষ্টেট প্রজানা থ্বার পাম্বুবা লৈতনা য়েল রক্ষাগীদমক মতেং পাং থিবগী মনা ওইনা বৃটিশ সরকারনা ষ্টেটনা কারগা খাজনা কোকপিয়ে হায়বা ঘোষনা তৌবিয়ে। অমরোমদা প্রজানা ষ্টেটতা কাবা খাজনদি তরল দিক্রে হৌজিক তুংদা তাবিয়ে অসি মণিপুরগী প্রজানা পেন্দে। বৃটিশ সরকারগী মনা অসি প্রজা অপুম্বু ফংজরম থোকই অহুগা লান মখুংদা শেল ফংলবদু লান লোইবগ লোয়ননা চথরে মণিপুরগী শেলগী অবস্থা য়ামনা কথলক্লে মরম অসিদগী লৌ ইংথোলগী খাজনা লানগী মমাংদা খ্রিবগা অহদগী সরকারনা কোকপিরকইবা শরক অহু হব্বিরু।

(খ) একাগাড়ীগী খাজনা লানগী মমাংদা রুপা ১॥০ থরমই অহদগী হেক্লগৎখিদনা রুপা ৫ খীরি। লৈপাকনা তাবদি ষ্টেট কর্মচারি মথৈদি রুপা ২॥০ মমক দি। অদিনা অচুমবা

ওইরবদি খাজনাদা ষ্টেট কর্মচারি অমসুং প্রজা খেয়না লৌবিবা আসদা প্রজানা পুকনিং মুংশিল্লে ; ষ্টেটকী গাড়ীগী আইন (Vehicle Act) মতুদা লৈরমগনি নিংজদে, করিগুম্বা লৈরমখসু অরানবনি খুনা চুমথোকপিয়ু । মণিপুর প্রাজাগী শেল কংবা লগী লৈব্রে অতুনা লান মমাংগী থাকনা অংবা থম্বিয়ু ।

(গ) লালগী মতমদা লালগী অথুবা অমসুং তৌদবা য়াদবা মরম করামুক্তগী লবী শেন্থা, মাটি শেন্থানাচিংবগি দমক মহৌশা ঠিকানা জিবিকা ওইবা নত্তব মী কয়া টীকা তৌখি। মথোর অমু ইনকম টেক্স পীবা তাখি অদুগা কৌজিক ঠিকাসু লৈব্রে, শেলসু কংব্রে অদুবু ইনকম টেক্সতি কোক্লি।

অ-াইবা কারবার তৌবা কয়াসু ইনকম টেক্স খিবা তাখি। ষ্টেটকী ইনকম টেক্স লৌবা মওং অসিদা ঠিকাদার, জগোই ইশৈ তৌজবা কয়া ম...না লানগী মতমদা হিংনবগী উপাই ওইনা শেল তানজবশিং কয় টেক্স খিবা ওমদগুনা জেলদা লৈখি। অপাইব ঠিকা, জগোই ইশৈ তৌজবা কারবার তৌজবশিংগী ইনকম টেক্স কোকপিয়ু। অদুগা হায়রি কারবার ওইনা তৌবা শংগীদনা মথোয়না পীবা খাতা হিসাব মতুং ইন্না টেক্স লৌবিয়ু। ষ্টেট কর্মচারি মথোয়গী ভলবনা অমসুং অতৈ আয়না টেক্স পীবা মাবশিংগীসু টেক্স লৌবিয়ু হায়না ষ্টেট সরকারদা হায়জবা লেপমরে।

৬ ওবা :— ইংগ্লোক ১৯৪৩ সাল তৌরিবৈগী মতমদা লানগী থবক লবী থোং শেনমচিংবা মক ওইবা ওইদুনা লৌ ওবা

চমনবা অহুপা মণিপুরদা যৎ অয়াম্বা মিলিটরিগী থবক্তা চংখবা অমম্নুং শিখিবন য লৈতহনা কৌ শুবা চমদহুন লৌ শিংপশিংগী মথক্তা জাংমনা লুপা ৩৫ অহুদগীম্নু কেম্না তৌবিখ। ষ্টেটন প্রজা থংনা মতম অংদা নোটিশ তৌবিখিবা থেংনজদে অহুগা লৌ শিংলি শিংকেম্নু য়েংবিখিদে। প্রাণানা আত্মরক্ষা তৌনবা খুদোংচাবা পীবীবা লৈতনা মওংসিদা জাব্রিম্যানা তৌবা পীত্রাপ। মমল কাব্রিবা লৌ অদু নিলাম তৌপনি হাঙবা অাং সভা অসিনা প্রতিবাদ তৌরি। থৌদৌ অসিন প্রজাগা থোক দোকপা অবাবা অমম্নুং দুংক্তাইতবা ওইরে। অসিগী মরমদা তৌরিব অমম্নুং স্কেল পুম্নমক তোকপিয়ু হাজবা লেপনরে।

৪ শুবা:—মণিপুরগা লোয়বা লৈপাক ব্রহ্মদেশত লোন ইত্তিক কারবারনচিংবা তৌনব অসি মখেকনা তাবনি অমম্নুং তৌনরি। ব্রহ্মা নোট ইমফাল ত্রেজরিদা ভারতকী নোটকা ওন্নি (exchange) তৌরী। তৌরিবা অসি নোট কারবা নত্তে ওনবনি। অবস্থা অসিদা ব্রহ্মা নোট কারবদা লুপা ২০ দগী ৫০ কাওবা অককপা লৈতনা লপা ১০০ গী মথুংদা তাই হায়না তাই। শেল থর য়ামনা তাবা কাংবুনা শেল হান্না কংই অহু নত্তবশিংদি হাপতঃ অনি অমম্নুং অহুদগী হেননা চাইবা তাই। কারবা ভারবমক্কমম্নু ত্রেজরিগী মুখিং থোকপা (Treasury-day) থুদিংনা লুপা লাক অনিদগী হেম্না কংদে। অসিনা লয়োম্নোঁ মণিপুরদা শেল পুশিন্নবা হোৎনরিবশিংগী থোইদোকপা অবাবা অমম্নুং কয়বায়বা য়াম্না খুদোংচাদবা ওইনা থোক্লে।

মরম অসিদগী নোট কায়বগী মহুত্তা ওনবগী ( Exchange ) ঙম্মা চংহনবিয়ু। ট্রেজারিগী হুমিং খোকপা ( Treasury day ) খুদিংদা নোট ওনবা লাকপশিং পুম্নমক্কী নোট ওনবিহন লুপা মখোং হেনগংপিয়ু হায়না পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবতা হায়জব অদুগ ষ্টেট সরকারনা পোলিটিকেল এজেন্টকা তানবিহনা ষ্টেটতগী নোট ওনবা ( Exchange ) য়ানবা খুনা খৌরাং তৌবিয়ু হায়জবা লেপনরে।

৫ ভবা :—( ক ) ষ্টেট সপ্লাই দিপার্টমেন্টনা সপ্লাই তৌরিবা থুম, কেরোসিন, চিনি, ফি, লংনচিংবা পোৎ পুমনমক প্রজান নিংথিনা কংদে, শিজিন্নদব য়াদবনা চোরা বাজারনা ( Black market ) পোৎশিং অদু লৈহনা শিজিন্নরি অদু মরমসু কংদবা য়াওরে।

অসোমদা সেলনা চিনশিল্লকপা অময়োমদা চোরা বাজার হেনগৎলকপা অদুগী মথক্তা কংদবা য়াওবা অসিনা মী অমাম্বা তাবগী হায়নিংঙাই লৈরে। দিলারশিংনা পীরিবা ফি লংনচিংবশিং অদু কদাইদা চৎপ্রিবা করম তৌরিবা মহুগী থিবিবগী মওংসু উজদে। অসিনা চোরা বাজারনা মণিপুরগী অভাবা অমা ওইরে। ফিগী মমলসু মতম খর অসি হোংদোকলোইংদৌরি অমসুং মতিকচানা কংগনি হায়বগী আশাসু ( তারকপী হিসবতা ) উজদে। অসিনা মণিপুর ষ্টেটতা রেসনিং সিসতেম ( Rationing System ) তৌবিয়ু, রেশনকার্ড পীবিরগা পোৎ তৌনবা মী খুদিংনা কনত্রোলদা কংনবা খৌরাং তৌবিয়ু

ফুরোং-খোংযোংবা সেব-কর্ম উৎসব শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবশীলমক চংগদবা সপ্লাইদগী কংবা. পোৎ মথৈ দরকার তৌরগ। ষ্টেটনা য়েংবিহনা পীবিনবা তৌখিবনু।

(খ) মণিপুর ষ্টেটকী মফুংদা ইস্কালদগী মাইল ১০১ লাপ্পা চাংলোন মাপল লাপ্পা লৈবা জিরিবাম প্রজাশিংনা অমুক হেন্না থাই। ষ্টেটকী প্রজা ওইবনা মাইল ১২ নং লাম্প লম্বগী পোৎ লৌরুবা য়াদবা অদুগা মাইল ১০১ লাপনা ইস্কালদগী লৌবা তাবনা ফুরেলনা খল্লবা কাছার (ব্রিঃ ভারত) কী প্রজানা পোৎ থুদিংমক নীংথিনা কংবগুম থাংমদা লৈরিবা প্রজানা কংয়ে। জিরিগী প্রজাগী সপ্লাইগী পোৎ-চৈ ইস্কালদগী লৌরফুনা জিরি য়ৌরবসু তারানচিংবা থাগনা মমল তাংনা কংবা তাই অদুনা জিরি প্রজাগী অরাবনা অমুক হেল্লি। জিরিবাম প্রজাগী সপ্লাইগী পোৎ-চৈ ইস্কালদগী লৌবদা নত্তনা অনকপা কাছারদগী লৌয়া যাববা ষ্টেট সরকারগী সপ্লাই কর্ম্ম কর্ত্তানা তৌবিনু হায়জবা লেপ্পনরে।

৬ শুক্রা :—(গ) প্রঃ প্রপিংপ্লান মফুং ইয়া ভারতকী অরাং—লোংপোক নিবাস প্রদেশ (North Eastern Frontier Province) শেমগনি হায়রিবা অদুগী মফুংদা মণিপুরসু য়াওগনি হায়রি মচু ভারতসু অমসুং ব্রহ্মদেশতসু জিরোই, হায়রিবা অসি ভারতকী অবাংবনি, আসামদগী মায়ী মরক থব থাইলোকপনি। মীখা পোল্লুম্না লৈরিবা চাওখংথিবা অমসুং মাগী করকম থোকপা কংজিবা চীংগী লমদম অমসুং

মণিপুরগী মতম কুইনা নমথজুনা থমগে হায়বগী থৌরাংনি। হায়রিবা থৌরাং অসি সভা অসিনা প্রতিবাদ তৌরি।

(ঘ) সভা অসিনা লেপপদি ভারতনা স্বাধীন ফংলগা স্বাধীন ভারতকী মনুংদা মণিপুরগী মশানা ওাকচবা মাগী শিক্ষা, সংস্কৃতি, অর্থ নৈতিক, রাজ নিতিনচিংবা চাওখৎনবা হোৎনজবা ওস্বা অমসুং চৌংগী ইচিল-ইনাও, মুসলমান ইচিল-ইনাও পুরমকী চপ মান্নবা অধিকার লৈবা, স্বাধীন মণিপুর রাজ্য ওইনা লৈবা মণিপুরগী মনাক কাছারনচিংবদা লৈবা মণিপুরীশিংনা পামলবদি মখোয়না লৈবা লম অদু কাওবা হায়রিবা স্বাধীন মণিপুর রাজ্যগী সিমানা মনুং চন্না লৈবা। অহুম্বা স্বাধীন মণিপুর রাজ্য অহনা ভারতকী করম্বা প্রদেশত লৈগদগে মন্নগা তোম্বা লৈগন্না হায়বনচিংবা লৈবাক্তা পাম্বা (পনজোৎনা) মতুং ইন্না ওইবা। রিজোঃ অসিগী কোপী অমা ভাইসরয়, আসামলাট অমসুং আসামগী প্রধান মন্ত্রিনা থাখিবা লেপ্পরে।

Sd/— শ্রীভুবন সিংহ রাজকুমার
সভাপতি।

---

সভা অসি ফমগী মতম তাং ৫।৪।৪৬ ইং থাসিদা লিঃ মঃ পুরিবশিংগী মিং ঃ—

১। পণ্ডিত ললিতা মাধব শর্মা— সভাপতি
২। শ্রীলাইশ্রম মুগেশ্বর সিংহ— জেনেরেল সেক্রেটরী
৩। শ্রীকৈশাম কুনজবিহারী সিংহ—সহকারি

৪। শ্রীহিজম ইরাবত সিংহ— কার্য্যাকারি কমিটি মেম্বর
৫। পণ্ডিত বঙ্কবিহারী শর্ম্মা " " "
৬। এলাংবম তোমপোক সিংহ " " "
৭। খাইরাকপম মাখ সিংহ " " "

---

মণিপুর প্রজা মণ্ডলী থবক পুথশিংগী মিং :-
১। শ্রীহিজম ইরাবত সিংহ— সভাপতি
২। শ্রীলাইশ্রম মেরা সিংহ— সহকারি সভাপতি
৩। শ্রীলাইথুরাম ইবোবী সিংহ— জেনেরেল সেক্রেটরী
৪। শ্রীলাইথুরাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ— কার্য্যাকারি কমিটি মেম্বর,
৫। শ্রীকারাম বিজুর সিংহ— কার্য্যাকারি কমিটি মেম্বর
৬। শ্রীঅথোকপম্ অমুসেমু সিংহ " " "
৭। শ্রীচোংথাম মেরামচা সিংহ " " "
৮। শ্রীথাংথেমম্ গুলাবজাৎ সিংহ " " "
৯। শ্রীরাজকুমার ভুবন সিংহ " " "
১০। শ্রীয়েকপম আঙৌ সিংহ " " "
১১। শ্রীগৌরমণি শর্ম্মা " " "
১২। শ্রীকুমারি থাইবেম প্রবোধিনি দেবী " " "

---

## নিঃ মঃ মহাসভাগী বুলেটিন।

নি: মঃ মহাসভাগী তাং ৫।৪।৪৬ ইংদা তিন্নখিবা ব্যবস্থপক সভাগী অফিসরগী মথাগী বুলেটিন অসি কোংজরি। মথাদা ইরবা স্মারক পত্র অমসুং রিজোলিউসনশিং অসি ব্যবস্থাপক্ সভান: য়াথ্রবনি।

—— – – ——

## স্মারকপত্র।

নিখিল মণিপুরী ( sic ) মহাসভানা লেপ্লিবা মরু ওইবা নীতি পুম্নমক য়াওরবা মথাগী স্মারক পত্র অসি ষ্টেট পিপলস কন্‌ফরেন্সগী সভাপতি পণ্ডিত জওহরলাল নেহরুগী মারফত্তা বৃটিশ মন্ত্রি মিশনদা থাগনি ; স্মরক পত্র অসি ইং শোক ১৯৪৬গী এপ্রিল তাং ১৫ দা ফমখিবা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী ব্যবস্থাপক সভানা য়াথ্রবনি।

১। নিখিল মণিপুরী (sic) মহাসভানা ভারতকী পূর্ণস্বরাজ য়াম থুনা লাউথোকপা: দাবী তৌরি।

২। নিখিল মণিপুরী (sic) মহাসভানা ভারতপু মচেৎ মচেৎ থায়দোকপা য়াদে অমসুং পাকিস্তানগী বিরোধীনি ;

মপুম ওইবা অমসুং মচেৎ তাদবা ভারতকীদমক সভা অসিনা লেপলি।

৩। আমামগু মচেৎ মচেৎ ককথংপা অহুগা চৌংগী মীনা তাবা লম পুম্নমক অমসুং মণিপুর ষ্টেট য়াওনা চৌংগী জেলা পুম্নমকা লোইননা ব্রহ্মাগী নোংচুপ থংবা লমকা তিন্নদুনা নোংপোক ভমথৈ অমা তোঙান্না শেম্নবগীদমক পুনশিনবা অসি মহাসভানা হায়না কন্না থিংগনি। অমাং নোংপোক ভমথৈ প্রদেশ অমা শেম্নবা হোংনন্নিবা ফত্তবা লম্বী অসি থিংনবা হোৎনগদবনি।

৪। হৌজিক্কী য়ম্নাইনা থনবা অসি তোকপীহনা থাইনা থনবা আইন সভা অমা মহাসভানা দাবী তৌরি; মাসিগী থবক পুবা বোর্ডি অমা লৈগনি, বোর্ডি অসিনা আইন সভাদা দায়ী ওইগনি।

৫। মহাসভানা অকনবা কেন্দ্রীয় সরকার অমা লৈবা; ভারত পুম্নংকী যুক্ত রাষ্ট্র অমা দাবী তৌরি। যুক্ত রাষ্ট্র অসি প্রদেশ অমসুং ষ্টেট ময়ামনা শাগনি, মাখোইনা মপুং ফাবা থারত শাসন ফংগনি। তৌইতসুং থাইগী ওইবা বিষয় থরদি হায়রবদি লৈবাক ঙাকপা (লানগী) শেন, লম্লোন ইতিক ঈ-পাও লম্বী থোং, পোং থাদোক থাজিনগী থাজনা অমসুং পররাষ্ট্র নীতি কেন্দ্রদা থাদোকুনি।

৬। নিখিল মণিপুরী মহাসভানা হুগনবা কনষ্টিটুয়েন্ট এসেম্লী (লাকলোম্বিবা ভারতকী গঠন তন্ন শেম্বা সভা) অমা

দাবী তৌরি, মাসিগী বৃটেনগা লোয়নবা সন্ধি তৌবগী সর্ত পুম্নমক পা-থোকপা ওম্বা মনিং ওম্বা রাষ্ট্র অমগী শক্তি লৈগনি।

৭। ওইরকদোৌরিবা কনষ্টিটুয়েন্ট এসেম্ব্লী অসিদা ষ্টেট প্রজাগী তরকতগীমু মতিকচানা অমম্নুং মরম চুম্বা মীহুৎ লৌথিবা মহাসভানা দাবী তৌরি।

---

# রিজোলিউসন

১। নরেন্দ্র মণ্ডলগী সভাপতিনা ষ্টেট প্রজাশিংগী নাগরিক স্বাধীনতাগী মরমদা লাউথোকখিবা অহু নিখিল মণিপুরী ৪।০) মহাসভানা স্বাগত তৌরি। ষ্টেট অসিদমু শ্রীযুৎ মহারাজনা মাহুমু থরক্তা য়াম্না থুনা ওন্থোকপিগনি হায়না থাজৈ। অসিগী মথক্তা লৌকিকী রুগ্নাইনা থনবা অসি তোঙুনা আইন সভাদা দায়ী ওইবা শাসন পুবা বোন্তি অমা লৈবা, প্রজানা থনবা আইন সভা অমা মহাসভানা দাবী তৌরি।

মরম অসিনা মণিপুর ষ্টেট্র মাদা থুনা দায়িত্বশীল শাসন অমা লিংথংশিনবগী মরমদা কত্তগদৌরিবা স্মারক পত্র অমি লৈননবগীদমক মহাসভাগী তরকতগী ডিপুটেশন অমা লৌখিনবা শ্রীযুৎ মহারাজদা হঙৎপা হায়না লেপনরে।

২। মমা:ঙৈদা খোকখিত্রিবা, মী লাখ ৩০ দগী ৮০ কাওবা শিগ্রবা বাদালাগী চাক্তাংবদগীন্নু হেন্না ভমখিরবা ভারত শিনবা থু'বা চাক্তাংবা অমা ভাতরবর্ষদা থু'বা হৌরে। চাক্তাংবগী মমী ভমহনা লৈরবা লৈবাক্তি খা ভারত, অবাং অমস্তুং অরা নোংচুপ ভারতনি, মকমশিং অসিদা নোং ভাখিত্রে। হৌজিক্কী অকিবা অবস্থা অসি থেংনন বগীদমক ভারতনা চান-থক্কবা হবাই চেং ম্রাই টন লাখ কয়ামরুম কংত্রবদি মী লাখ লাখ শিরনি হায়না কিনরে। মৌরক্কবা সঙ্কট অসি উত্থনা যুক্ত জাতীয় সজ্যগী অপুনবা চিঙ্গাক্কী ভাঙারনা ভারতকীদমক চানবা টন-২,৩০,০০০ থাত্রক্লে। চয়া হেনবা অমস্তুং চাকতাংবা মা:য়াক্কুরবা মানবজাতি অমস্তুং ভারতবর্ষবু কয়নবগীদমক মণিপুর ষ্টেট অমস্তুং মহাক্কী প্রজানা মা:খোই মাখোইনা ওমকবা থর থরদং দন তৌকম খোকই।

মরম অসিনা চাক্তাংবগী অরাবা ওইরকদৌরিবা অসি কোকহনন বগীদমক মথাদা উচ্চরিবা মরম থরা অসি লৌখিনবা ষ্টেট সরকারদা হায়জবা হায়না লেপনরে।

(ক) লালগী মতমদা ভৌখিবা অদুদগীম্ন হেন্না কনশিন্না "মনা-মপীং ম্রান্না থাও, মরুমবাং ম্রান্না হুজিন্নু কসল বড়াও" গী থবক হৌবা।

(খ) লৌউবা ম্রাবা লম পুরমক—খিজার্ব অমস্তুং লমহাং, লৌউবশিং অমস্তুং পুক্তাশিংদা থাজনা ম্রাওদনা পীখোকপা।

(গ) চাননবা চিঠাক হেন্না অমসুং লেংদনা থম্বা।

(ঘ) য়াম্ অমসুং ময়মা চাং বরা পীবা (রেশনিং তৌবা)।

(ঙ) চহিগী কোথোক্কী অকুপ্প মরোলগী হিসাব য়াম্না মুন্না য়েংবিরগা চাকতাংলবা ভারতা ইমফল থবা মতেং পাংনবা অহেনবা থাবা।

(চ) য়াম্রিবাম্বৈ উৎসব পাংশাপ, চাকচ-ইরুজানবা আইম্না থিংবা।

৩। ভারতকী লোংপোক থংবা সীমানাদগী জাপাননা হেক হন্দোকখিবা অঙ্গদগী হৌদুনা লান্না ঙকথাইরম্বা কোহিমা অমসুং থাওদ লাল লোইবা মতুংগী শেমগং শাগৎপা য়াম্না কম্না হৌরে, মকমশিং অসিদা মুম অনৌবা য়াম্না শগৎরে। তৌইশুমম্রং মণিপুরগীদি লাইবক খীবনা, জাপানগী লান্দা থাইদগী হৈন্না বাজাবা প্রভাবু মমা লোমবীনা পোকপা মচা-শুর্মা তৌখিরে। ষ্টেট সরকারনম্ন লালনা খুমেক্লমবা ঙ্মশিং অসি অমুক হন্না শাথিনবা থাই য়াওশিনবিদরে অহৎপা মরম চুম্না অমসুং মতম চানা ক্ষতিপূরণ কংনবম্ন হোংনবিদরে।

মরম অসিনা, বম্রিবা মমাংদা ঙমশাবা লোইহোনবা য়াম্রিবাম্বৈ থীনরা প্রজাশিংগী ক্ষতিপূরণ চুম্না পীথোকপীয় অমসুং মরম লেপ্পনা হৌজিক হৌজিক্কী বাজার দরগী মতুং ইন্না লেপ্পীয়, হায়না মণিপুর ষ্টেট সরকারদা হায়জবা লেপ্পরে।

৪। চৌকিদারগী অমগী মথাদা লৈবা লৈকাই পুন্নমক তিন্নবগা জিলার অদি হাপকদি, ম'খোই অহনবু য়েংনবা ভলবদু কংদবা, অবাদনবু পিদবা লৈকাইদা থনবা মুপারোমদগীমু মেম্বর ১০, মুপী রোমদগীমু মেম্বর ২, পুন্না মেম্বর ১২ হাপকদি হায়বা প্রেসিডেন্ট সাহেবকী নোটিশ অসিনা, মহাসভাগী মতা, কী অমম্বং লং, থাও অমম্বং থুম কংদবগী চয়নরবা মমন্তাশি অসি কোকহনগদি হায়বা নিংদে। মাসিনা চয়নরিবা অসি অমুক হেন্না চয়নহনগদি।

মরম অসিনা, কী অমম্বং লংগী সঙ্কট থুম অমম্বং থাও ভাংলিবা অসি কোকপা মথাগী মরম থবা অসি লৌবিনবা ষ্টেট দরবারদা হায়জবা হায়না লেপ্পে।

(ক) ভারতকী মকম অতৈদা তৌবগুম্বা রেশন কার্ড পীবা।

(খ) ইম্ফাল অমম্বং মাসিগী কৈথেল মপুং কাজিলকপা অসিনা থুম থুমিং অমম্বং কৈথেল মচা থুদিংদা জিলার পংবাওবা হায়বা অসি তোকপিবা।

(গ) তহশীল অফিস লৈবা মফম মতমদা ইম্ফাল অমম্বং মাসিগী অকোইবদা লৈবা মরাইগীদি মথাইহোকপা। কৈথেল অচৌবদা ষ্টেটকী অকনবা মীয়ামগী মথাদা কী অমম্বং লংগী মফম থাইবা তিদুর থবাং হাপিবা।

(ঘ) ষ্টেট সরকারগী থকনবা মিংশ্রেংগী মথাদা তহসীল অফিস লৈবা নমশিংদা কী অমসুং লংগী ভিলাম হাপ্পিবা।

(ঙ) কেরোসিন অমসুং থুমগী ডিলাম, ইম্ফাল অমসুং নরাইদা লৈবা কৈথেল মরু ওইবদা হাপপিবা, প্রেসিডেন্ট সাহেবকী নোটিশতা পীরিবা নমূনা অসিদদি মতম।

(চ) মমল য়েংবা অফিস অমসুং রেশনিং অফিসগী থবক কনথৎহনবা।




ইম্ফাল
তাং ১৭।৪।৪৬ ইং

মহী [illegible]
জেনেরেল sic সেক্রেটারী,
নিখিল মণিপুরী মহাসভা।

---

লোইরবা

## লাইব্রিক সংঙ্কম—

১। শ্রীলোইতাম য়াইমা সিংহ

ব্রহ্মপুর, নাহাবম।

২। শ্রীলোংমৈকাপম নবকিশর সিংহ

উরিপোক তোরাংবম লৈকাই।

৩। শ্রীরাজকুমার মৈপাকসনা সিংহ

শিংজমৈ, চোংথাম লৈকাই।

৪। শ্রীঅরিবম ব্রজকুমার শর্মা

য়াইস্কুল, পুলিশ লেন।